# ꯂꯩꯒꯤ ꯐꯖꯕ

# লৈগী ফজবা

## (ঈশৈ শৈরেং)

জে এস কোনসম



ইমাবোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
[illegible]
[illegible]

# LEIGEE PHAJABA

(A collection of 218 Lyrical Poems)



অফোঙবা : ইমাখোল,

অবাং পোৎশংবম

অইবা : জে এস কোনসম

খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট

অহানবা ফোঙবা : নভেম্বর, ২০১২

মখুম য়েকপা : লৈমহল প্রেস

খুরাই লম্লোং বাজার, ইম্ফাল ইষ্ট



কোপী মশিং : ৫০০

মমল ২ : ১৪২.০০

নম্ফম : লৈমহল প্রেস

খুরাই লম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড, ইম্ফাল ইস্ট

# জে এস কোনসমগী
# থম্মোয়গী মীৎনা তত্তনা উবা লৈগী ফজবা

মিতাজবা নত্তে নুংশিজবনি নঙবু
লৈকাদি শোকলোই ফংজগে লৈনমদি
মীনম্বা ওইরমনি নীংলমগনি নঙনদি
ঐগী মঙাওথীবা মতৌসিদা ॥
(মিতাজবা নত্তে নুংশিজবনি নঙবু — লামাই ৬৮)

মসিনি 'জে এস কোনসম'গী থম্মোয়গী মীৎনা তত্তনা উরিবা, অদুগা মানা তত্তনা খল্লিবা, মথম্মোয়দা তত্তনা ঙংলিবা, মবুক্লীংগী লৈকোলদা শাগৎ-শেমগৎচদুনা থমজরিবা কনাগুম্বী অমদা তত্তনা শক-শোঞ্জরিবা; অদুগা নুংঙাইজবা; অদুগসু অমুক অকোয়বদা লৈরিবশিংবুসু তাহন্নীংলিবা । মিহৌবা, অশাউবা, ওইজ-ওইথক্কী ৱাফম য়াওদবা অসিগুম্বা অশেংবা নুংশিবনি মহাক্না পামজরিবসে ।

মালেম অমসুং মালেমদা হিংলিবা অহিংবশিং, মখোয়গী হৌজিক হৌজিক ওইরক্লিবা শক্তম, লোনচৎ-শাজৎ, মখোয়গী অকোয়বা অসিনচিংবশিং অসি য়েলহৌঙৈগী মতমদা ওইরম্বা, তৌরম্বশিংগী মতৌদুগা য়েংনরুরবদি য়াম্না চঙশীন-হেঞ্জিন্না, নুং-পান লোইনা চাইখাইদুনা পূম্নমক পূমহোং হোংখ্রে । হৌজিক হৌজিকসু অহোংবা কয়া অমা চৎথরি; হোংখিগনি, লেপপা নাইরোই অহোংবা । অদুম অদুম ওইনমক মীওঙ্গবগা তৎন-থানবা শূকয়ামক য়াররোইদবা মচলগী পোৎশক্কুম্নবা খরদি হৌজিকসু হোংদ্রি; মখোয়দুদি অচুমবা, ফজবা, অফবা হায়বা খরা অসিনি । মখোয়সিদি শূকহোং হোংবা নাইররোইদবনি। মখোয়সিগী মথক্তা মীওঙ্গববু, মীওঙ্গবগী মরমচৎপু, মীওঙ্গবগী খুন্নাইবু অকোয়বা অমসুং মালেমবু হেন্না খোয়থুম্নহনবদদি নুংশিবা অমসুং পুকচেল তিংবা হায়বা অনী অসিসু য়াওদবা শূকয়া য়ারোই । মখোয় অসি য়োকখৎনবনি, লেঙদনা থম্নবনি, অদুগা মখোয়

অসিনা শাগাইক্লগা মপুং ফাবা হায়বদু ফংনবনি মীওইবনা য়াম্না শামজনা লোয়নজরক্লিবা নাহ, কলা, সাহিত্যনা মাঙেমগী কাচিন কোয়য়া খুদীংমক্কী খুন্নাইদা মফম চাউনা চাউনা কন্দুনা লৈনরিবা ॥ মপুং ফাবা হায়বসিমদি ফংবা নাইহনদবা নত্তে, মপুং ফাবসি হেক ফংবা নুমিত্তুদনি কল্লা হায়বক্কিগী থোঙজেল হেনগৎলগদবা ॥ অমরোমদা লাই নীংনরিবা, রাজনীতিদা গ্রাঙনরিবা, মাগী মাগী শিনমমদা থবাক্তা লূপনরিবা, খুন্নাইদা অনৌবা পোৎলম অমা পুথোক্লকপা অনৌ অনৌবা চাহয়েং চংথনরিবা, খুন্নাই সেবাদা থস্মোয়-পুক্নীং থাদনরিবা; ইশৈদা, জগোয়দা, ড্রামাদা, সাহিত্যদা গ্রাঙনরিবা পুম্নমক অসি মানা মানা শামজবা মায়কৈ অমদি থোঙচত্তা মাগী মাগী পুন্সিগী মপুং ফাবা থিনরিবা গ্রাজনি হায়বা য়াই ॥

'জে এস কোনসাম' ইশৈবু শামজবা থবাক্তা অমনি হায়বসিদি মহাক্কী ইশৈ শৈরেংশিং — শৈথাবদা লোইরমোই(লামাই ১৪৭), শৈনখ্রবো শৈনকপা(লামাই ১৪৮), সুর মাজুরবা ইশৈ(লামাই ১৫২) অমসুং অতৈ ইশৈশিং অসিনা অমুম মতাংনই ॥ শক্তিবনি ইশৈ(লামাই ১৩৪) হায়বা মহাক্কী মথেক্কিদা নুংশিরবা ইশৈগী মরক্তা লৈবা নক্লবা মখীদু য়াম্রি:

হো ইকেনাও লোনজনা চেক্লিবী
হো মানাংকও পোৎথদনা থূরিবী
তত্তীদুকো ইশাউকোনদে শক্তিবা ইশৈগী
কারিগুম্বা উনবা থোক্লবা মহাকপু ॥

((শক্তিবনি ইশৈ — লামাই ১৩৪))

ইশ্বর, হায়বদি তাইবংপান শোয়া, মহাক অমা লৈদ-লৈবে হায়বগী চিংনমোক-বা অমা পুদ-পুথোকপা অয়বদি নাগী-শীংবী, উ-বা, শা-গা, উচেক-বাথা, মীওইবনচিংবা থবাক্তা শানবশিং অসিগী মরক্তা আবা-অমোম, নুপা-নুপী শানা-শানরেবা মাগী মাগী চানা-চাউনা শেমখ্রিবশিং অসিনা খুনম অমুম ওইনম থোকই ॥ লৌমূত্তা মক্ল ক্লপা শাক্কী ওইনা লৌমক্লিবা অসিমুনি ॥ মসি ওইনাবা হোৎনবদা ইশ্বর

মহাক্না থবায়শিংগী থবায়নুংদা, মকোক্তা, মথম্মোয়দা,মথন্ত পোকচরকপা, য়াম্না থাক ঋাংবা থৌঈনশিন অমা তত্তনা পোকহল্লি। মসিবু নুংশিবা কৌই। লম খুনুনা শাংথ শাংথ চিংদুনা ঈশৈ শক্লিবা, কালেন-ঈঙা-ঈঙেন মতমদা পিথাদোইনা অৱাবা নায়তোম তাবা মানবা ঈশৈ অমা শক্লিবা, কোকিলনা অহীং নুংথিল নাইদনা খোয়থূম্মনা খোংলিবা, নোংজু পাম্বাদা হঙোয়না গোরো গোরো খোংলিবা, নুমিৎ য়ুংবা মতম্লি নীংঙায়দবমখৈ চীংনুং-মানুংদা হারিনা নিং নিং খোংদুনতা লৈরিবা অসি পূম্নমক অসি নুংশিবগী পাউজেল, নুংশি-মীকৌ, নুংশি-ঈশৈ ঙাক্তনি, মাগী মাগী পূংবা অদুবু কৌজরিবনি হায়বসি লেঙলি-পাল্লিবশিংগী থিজিল্লোয়শিংনা পুথোক্লরক্লি। মরু পোকখায়রে, মচা পোক্লে মদুদগীদি ঈশ্বরগী থবক লোইরে; মসিদগীনি মহাকপু ঐখোয়না তাইবঙশেম্বা মপূ (ক্রিয়েতর) হায়না মিঙ্গৌনরিবা। মখা তাবা, মানা মানা পামজবদা হোৎনজবা, মদুদা মায় পাকপা-পাক্তবা মদুদি মাগী মাগী লাইবক অমদি হোৎনজমন্দা লৈরে। মীওঈবগী অমসুং উচেক খরগী মফমদদি নুংশিবা অসি অমুক্কা হেন্না য়াম্না থাক ঋাংবা তাইবঙ অমদা থম্নরিবনি। মসিবু মীরায়রুরবা, মিকাবা-মিহৌবগী লম্বেল্লোমদা শীজীন্নরুরবা মদুগী থবায় অদু শোয়দনমক্কী অৱাবা নংগনি। করিনা হায়ববু তাইবঙপান শেম্বদা ঈশ্বরনা নুংশিববু পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি হায়না থম্নলম্লিবনি। মসিবু 'জে এস কোনসম'না অসুম্না নীংথীনা ফোংদোক্লি —

পষ্টৌগী চারনি পলেমগী লৈরাংনি ॥

অপোকপা পষ্টৌগী য়াথংনা হৌজবীনি
অপোকপী পলেমগী য়াৱানা শাচ্চবীনি
ইনীংতম্না হৌজদে ইনীংতম্না শাচ্চদে
কায়হৌবিরনু পাউমেঞ্জবা ঙমজরোই ॥

(পষ্টৌগী চারনি পলেমগী লৈরাংনি — লামাই ১)

অসিদা নত্তনা

পম্না পম্না তুমখ্রেদো ইচাসে — লামাই ২

পলেম্না পুন্সিনি পষ্টৌনা থব্রায়নি — লামাই ৩

কা হায়বা মচা নুংশিবগী, মমা-মপা, ঈগী মরী ওইবা অতৈশিংবু নুংশিবগী ঈশৈ কয়ামুকসু য়াওরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'জে এস কোনসম'গী শৈরেংশিং অসি শৈরেং মমীংশিংগী 'আলফাবেতিকেল ওরদর'দা শীন্দোক্লবনিনা 'থীমেতিক তচ' মখল শউরে হায়বা য়ারে। লৈবাক নীংবগী, পোক্লফম নুংশিবগী অমসুং শৈথাবগী, লাইনীং-লাইশোলগী, মহৌশাগী ফজববু থাগৎপগী অমসুং শৈথাবগী, ঈরমদমদা ওইরিবা শক্তম য়েকপগী অসিনচিংবা — চীংথবা ঈয়াও য়াওদ্রে।

ঈশৈবু খোয়দায় হায়বা খঙলে, শৈরেংবা অমসু ওইরে; 'জে এস কোনসম'গী ঈশৈ শৈরেং ফজ ফজবা য়াম্না থোক্লকখিগনি। মদু ওইননবা মহাক পুন্সি নুংশাংনা হিংদুনা মথঙ মথঙ কয়া অমা ইরকপা ওইসনু হায়না নিজরি ॥

J. Ch. Sanasam

(প্রো যোদ্ধ চন্দ্র সনসম)
এম এম গ্যাস স্তোরহাউস মনাক ইম্ফাল
খোমদ্রাম শেলুংবা লৈকাঈ, থাঙমৈবন্দ জুলায় ৪, ২০১২
লম্ফেলপাৎ

# জেনেরেল সেক্রেটরিগী ৱারোল

ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেই লূপ (ইমাখোল) সাহিত্যবু পামজবা, সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা অইবী খ্বাইগী লূপনি । সাহিত্য সেবাগীদমক ইং ২০০৩ গী মার্চ তাং ২৩ দা লিংখৎচখিবা লূপ অসিগী মপূং ওইবা পান্দমদি অইবা অইবীশিং পুথোকপনি । ৱাখল্লোন অসিগা লোয়ননা অইবা অইবী কয়ানা ফোঙদোক্তুনা থল্লম্বা ৱাবেং শৈবেং ৱারীমচা কয়া লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্তুনা মীয়ামদা য়ৌহন্নবা হোৎনদুনা লাক্লি । পান্দম অসিগী মখাদা ইমাখোলনা শৈবেংগী লাইরিক ১৮(তবানিপাল), ৱারীমচাগী ৬(তরুক), গাইয়দ বুক ১(অমা), পাউবৌ পাউতাক ২ (অনী), দ্রামা ২(অনী), ফুঙ্গা ৱারী ১(অমা), পুন্সি ৱারী খোমজিনবা ১(অমা) অমসুং ঈশৈ শৈবেংগী ২(অনী) য়াওনা পূন্না ৩৩(কুন্থ্রাহুমদোই) পুথোকখ্রে । মীয়ামগী মীনুংশিগী মিৎয়েং মখাদা হিংজবকপা ইমাখোল ঙসিদি চহী তবা মপূং ফাবক্কদৌরে । মিৎযেং খজিক্তুং চাউথোকচদুনা সাহিত্য অমসুং ইজুকেসনদা মিৎয়েং থমজবা চহীগী চেফোঙ 'ইরাওখোল' ইশু অনী পুথোকচখরে । 'জে এস কোনসম'(জিলা সিংহ কোনসম)গী ঈশৈ শৈবেংগী লাইরিক অমগা লোয়ননা ৩৪ শুবা মশিংদা পুথোকচবিবা **'লৈগী ফজবা'** হায়না মিংথোনবা ঈশৈ মযেককী লাইরিক অসিবু ইবীবিবা 'জে এস কোনসম' ইবগী লমদদি থোইদোক্লা নৌনা শক্তাকনীংঙাই ওইদ্রবা অইবনি । মমাঙদা অইবা অসিগী শৈরেংগী লাইরিক ৫(মঙা), ৱারীমচাগী ১(অমা) অমসুং ঈশৈ শৈরেংগী ১(অমা) য়াওনা পূন্না লাইরিক ৭(তবেৎ) ইমাখোলনা পুথোকখ্রে ।

পুথোক্লিবা ঈশৈ ময়েককী লাইরিক **'লৈগী ফজবা'** অসি থারগা "ইমাখোল পব্লিকেসন্স"গী মখাদা অইবা অসিগী লাইরিক পূন্না ৮(নিপাল) শুরে। দায়িত্য লৈবা সরকারগী থবক অমা তৌবগী অচিনবা কয়াবু নমহৎতুনা ইবগী লমদা পোখাবা লৈতনা হোৎনরিবা অইবা অমনি। সাহিত্যগী লমদদা নত্তনা থিজিনবগী লমদসু 'ফিবো মেথমেটিক্স' কৌবা অঙ্কগী লাইরিক ভোল্যুম অমমন্না লামাই ৩৫০গী মথক্তা পানবা ভোল্যুম অনী ফোঙখ্রে। অইবা অসিগী থৌনা, হোৎনবা লেপতবা অসিবুদি থাগত্তবা খক ওল্লোই। 'জে এস কোনসম' মতম শাংনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা ওস্বা ঈশ্বরনা পীনবীসনু। অইবগী ৮শুবা অমদি "ইমাখোল পব্লিকেসন্স"গী ৩৪ শুবা **'লৈগী ফজবা'** লাইরিক অসি সাহিত্যবু নুংশিজবা অমদি ঈশৈবু পামজবা খ্বাই তরাগী মফমদা নোক্লুক্রা শিন্নজরি ॥

তাং ০৭|১০|২০১২

তোনজম সরোজিনি চনু

সেক্রেটরি, ইমাখোল

# অইবনা লমন তোনশিঞ্জবা

লাইরিক অসি ২০১২গী সেপটেম্বরদগী হৌরগা নভেম্বর থা ফাওবদা মনুংদা ফোঙনবা হোৎনজখিবনি অমদি ফোঙজরিবনি । অশোইবা নৎত্রেগা অরান অহুই খরদি য়াওরমগনি চিংনজে। হাপলোইদবনা হাপখিবা, হাপকদবনা চিখহৌবা কয়া য়াওববসু মণিপুরি সাহিত্য ইমাগী সেবা চৎচরিবশিং, সাহিত্যকারশিং, সাহিত্যপ্রেমীশিং অমদি ক্রিটিকশিং (নৈনরোয়শিং) গী মফমদা লাইরিক অসি পাবীনবা, নৈনবীনবা অমদি ঈশৈ ওম্থোকপীনবা অইবনা থম্মোই শেংনা শিন্নজরি।

ঈশৈ শৈবেংগী লাইরক **'নৈগী ফজবা'** অসি 'প' দগী হৌরগা 'য়' ফাওবগী ময়েকশিং 'অলফাবেটিকেল ওরদর' দা শেম-শাজবনি অমদি ফোঙজরিবনি । পূন্না ঈশৈ মযেক ২১৮ য়াওরি । ঈশৈ শৈরেং অসিগী ঈশৈশিং অপি সুর য়াওনা থব্রায় হাপ্লকপা মতমদা (সুর পানবদা) ব্রাহে ব্রাতা মতেক ময়াদা শেমদোক্ত্রবদি সুর তাদবা কয়া লৈ হায়বীরকপদগী অখঙ অহৈ কয়াদগী পাউতাক লৌজরগা মরু ওইনা পাবুং জয়ন্তকুমার শর্ম্মা অমদি প্রোফেসর যোদ্ধ চন্দ্র সনসমদগী পাউতাক লৌজরগা শেমদোকপা য়াবা শেমদোকচরে।

শেংদোকচনীংবা অমনা **'নোংমা হায়দু হায়রনু'** হায়না কৌবা চহীসিমক্তদা ফোঙখিবা ঐগী ঈশৈ লাইরিকতা আকাশ বাণী ইম্ফালদা শীখৎখিবা ঈশৈ ময়েকশিংগী রেকোর্ড মাঙখরে পনজখিবদু লৈরম্লে । মরম অদুনা লাইরিক অদুদা য়াওরিবা আকাশ বাণী ইম্ফালনা এপ্রোভ তৌরবা ঈশৈ ময়েকশিং কনাগুম্বনা য়েংবিনীংবা লৈরবদি অইবা মশাদগী য়েংবীবা য়াগনি।

লমন তোনশিঞ্জবা:

অহানবমক্তদা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অৱাবা শরুক কয়া য়াবিখিবা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'গী জেনেরেল সেক্রেটরি তোনজম সরোজিনি, প্রসিদেন্ট ডা: চিঙ্গাংবম চন্দ্রকলা অমসুং 'ইমাখোল' গী অতৈ মেম্বরশিংগী মফমদা লোয়ন লোয়ননা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, পাউতাক কয়া, লমজিং কয়া পীবিরকপা পুমমককী মফমদা পুন্সিগী ওইবা শিঙবা ঙম্লরোইদবা লমন কয়াসু অইবনা তোনশিঞ্জরে।

অনিশুবদা অমুকসু লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবীখিবা খুরাই লম্লোং কৈথেলদা লৈবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাউ ইবুংঙো থৌদাম কান্তা সিংহ লোয়ননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিখিবা থৌদাম শ্রীতনকুমার (নাওচা) অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন দা লৈবীরিবশিং মিং ওইনা পঞ্জরবদা ৱাহেংবম ইবেতোন(ইবেম্মা) দেবী, মহমদ আমন অমসুং খোয়রোম ইনাও পুম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

চুমথোকচগে খঞ্জরিবা:

ইরোই লোইবদা লাইরিক অসিদা মরম কয়াদা লানখিবা বানানদা খঙদে, ৱাহৈ ৱাতাদা খঙদে লানখিবশিং থেংনবিরবদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স', অৱাং পোৎশংবম খুনৌদা ইরগা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিরক্লবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথংগী খূৎনমদা শোয়দনা চুমথোকচগনি।

তাং ০৯|১১|২০১২ জে এস কোনসম

| সে নং | মমিং | ইখিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (১) | *পম্বৌগী চারনি পলেমগী লৈরাংনি | ০৩/০৭/১৯৮৬ |
| (২) | পম্না পম্না তুমখ্রেদো ইচাসে | ০৩/০৭/১৯৮৬ |
| (৩) | পলেমনা পুন্সিনি পম্বৌনা থৱায়নি | ১৫/০৭/২০০৫ |
| (৪) | *পাইখ্রো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা | ২৮/০২/১৯৮৫ |
| (৫) | *পাইথোকখিদ্রে অমুবা নোংগী মপৈ | ২৩/১১/১৯৮৭ |
| (৬) | পাইরক্লো কুমগী নোং | ১২/০৬/১৯৮৫ |
| (৭) | পাখঙ ওইজরম্লবদি নঙগী মতমদা | ১২/০৪/১৯৯৯ |
| (৮) | পাখঙ পূক্লীং হুনা ফজবী | ০৩/০৭/২০০৩ |
| (৯) | পামজবা নঙবু পামজনা থমগনি | ২৮/০২/১৯৮৫ |
| (১০) | পামজদে অমত্তা লৈজদে ঐগী | ০৮/০২/১৯৮৫ |
| (১১) | *পামজবা লৈনা নুজা নাপদা | ০৬/১০/২০০৪ |
| (১২) | পারি নঙবু শুমলগে | ১৬/০৯/১৯৮৫ |
| (১৩) | *পায়ররোই খুত্তা তুরি | ৩০/০৪/১৯৮৭ |
| (১৪) | পি নঙ শিন্থরকউ | ০৭/০৮/১৯৮৫ |
| (১৫) | পিরাং শিন্থরোইদবা কনা লৈবগে | ২৯/০৬/১৯৯৮ |
| (১৬) | পারমদ বেদায়গা কল্লবা চৈথেংনা | ০৮/০৮/২০০৭ |
| (১৭) | পুন্সি অসুম্না তৌবোইরে | ১১/০৯/২০০৮ |
| (১৮) | পুন্সি ঈচেলসিদা লম্মূক্লরেহে | ০৩/০৭/২০০৩ |
| (১৯) | *পুন্সি ঈশৈ শকমিন্নসি | ২৩/১১/১৯৮৬ |
| (২০) | পুন্সি নঙগা করি থোক্লে নুংশিবা | ২৯/০৫/২০০৬ |
| (২১) | পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ | ১১/০৪/২০০৫ |
| (২২) | পুন্সি নহাকসে হৌখিবা খঙহৌদে | ০৬/১১/১৮৯৬ |
| (২৩) | *পুন্সি পস্থুংফম য়ৌননবা | ২৪/১০/১৯৮৬ |

| *সে নং* | *মমিং* | *ইখিবা তারিখ* |
|---|---|---|
| (২৪) | পুন্সি লামায় হাংলগে | ২১।০৬।১৯৯১ |
| (২৫) | পুন্সি ৱারীনি ইরিবসি | ০৩।০৯।১৯৯৮ |
| (২৬) | *পুন্সিগী পাউখোঙ অমা চল্লেম্বা | ০৭।০৭।১৯৮৫ |
| (২৭) | পুন্সিগী মঙলান অমদা | ০৭।০৮।১৯৮৫ |
| (২৮) | *পুন্সিগী লান্মীনি ঐখোয় | ৩০।০৩।২০০৪ |
| (২৯) | পুন্সিদা অমুক উররোই | ২২।০৮।১৯৯৭ |
| (৩০) | পুন্সিদা অমুক হন্না উনগুমসি | ০৩।০৭।১৯৮৬ |
| (৩১) | পুন্সিদা অমুক হন্না উররোই | ১৪।০২।১৯৯২ |
| (৩২) | পুন্সিদা করিগুম্বা উনবা থোক্লবা | ০৫।০৬।১৯৯৬ |
| (৩৩) | পুবীরে ঐবু নঙগী ননাক্তা | ২৯।১১।১৯৯৩ |
| (৩৪) | পুক্লীংগী ইথিল অমনা পুখি | ২৮।০৭।১৯৯৩ |
| (৩৫) | *পেন্দবা কৌবা মচুনা | ০৭।০৮।১৯৮৫ |
| (৩৬) | পোমশাৎনরবী মালিকানা | ২৩।১১।১৯৮৬ |
| (৩৭) | পোত্থাজখি অনিগী কল্পনাদা | ১৬।০৬।২০০৮ |
| (৩৮) | ফজৈ খল্লিবা থাজনা | ১১।০৭।১৯৮৬ |
| (৩৯) | ফজৈদকো ফজৈ নুরা ইবেম্মা | ০৩।০৬।১৯৮৫ |
| (৪০) | ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক | ০২।১২।১৯৮৬ |
| (৪১) | বদনামসে কৈদৌঙৈ লোইগনি | ২৫।০৭।১৯৯৯ |
| (৪২) | বসন্ত রিতু লাক্লে | ১২।০৯।১৯৮৫ |
| (৪৩) | বসন্তনা লাক্লবদা নাকেন্থানা লোইখ্রবদা | ১৫।০৫।২০০৯ |
| (৪৪) | বিদায় পীখ্রবী নঙবু উরেদো | ১৯।০৮।১৯৮৬ |
| (৪৫) | বিদায় পীরেকো লাপ্না অথাপপদগী | ০২।০৯।১৯৮৫ |
| (৪৬) | বিদায় বিদায় শোঞ্জখি | ১৩।০৫।১৯৮৫ |

| *সে নং* | *মমিং* | *ইখিবা তারিখ* |
|---|---|---|
| (৭০) | মিৎচানজরগা নঙগা | ০৪।০৭।২০১০ |
| (৭১) | *মিৎলুগী পিরাং কংখিদ্রবী | ০৩।০১।১৯৮৭ |
| (৭২) | *মিৎলুগী পিরাং শিন্থবা ওইরসনু | ১৩।০৩।১৯৮৩ |
| (৭৩) | মিৎলুগী পিরাংনা লৈতেংখি | ০৩।১২।২০১০ |
| (৭৪) | মীওইবা | ১৩।১০।২০১১ |
| (৭৫) | মীনম্বী থম্বালনি | ১১।০৮।১৯৮৫ |
| (৭৬) | মীনোকপুবী নঙগী মায়থোঙদা | ০৮।০৫।২০১১ |
| (৭৭) | মীয়ামসিগী মরক্তা | ২০।১১।১৯৯৩ |
| (৭৮) | মেরাগী থাবল নুংশিবী | ২৮।০২।১৯৮৫ |
| (৭৯) | *মেরাগী পুর্ণিমা, পুর্ণিমাগী মেরা | ০৭।১১।১৯৮৬ |
| (৮০) | মৈচাক কোক্লরোই মৈচাক | ০৩।০৭।১৯৯২ |
| (৮১) | মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা | ১০।০৯।২০০৭ |
| (৮২) | লক্লবীরনু ঐবু নঙনা অসুম্না | ০৩।১১।১৯৯৩ |
| (৮৩) | *লমতা থানা ইরাং মথোৎ কাহল্লি | ১১।০৪।১৯৮৬ |
| (৮৪) | লৎনদনা লৌবীয়ু থব্রায়মক্লি নীংবীয়ু | ৩১।০৮।১৯৯৯ |
| (৮৫) | লাইজ ওইনা তিল্লরো | ২৮।০৭।২০০৯ |
| (৮৬) | লাইবক থীবীনি হায়রমগে নুজাও | ১৮।০৬।২০০৩ |
| (৮৭) | *লাউ লাউ শেম্লসি লাউ | ০৩।০৩।১৯৮৬ |
| (৮৮) | লাউ লাউ য়েংলুলাউ | ০৩।০৭।১৯৮৪ |
| (৮৯) | লাকঅনু উরিরৈ | ৩১।১০।২০১১ |
| (৯০) | লাকখো অমুক্তদি হল্লকখো | ১৫।০২।১৯৮৫ |
| (৯১) | লাকলগনু মেরা থা মেরা পুর্ণিমা | ১৪।০৬।১৯৮৫ |
| (৯২) | লাক্লরোই কল্লক্লবা মতমদো | ০৬।১০।১৯৮৬ |

| সে নং | মমিং | ইখিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (৯৩) | *লাকলো অমুক্তদি | ০৬\|১০\|১৯৮৬ |
| (৯৪) | লাঞ্জদ্রবী থম্মোই অমদা | ০৭\|০৮\|১৯৮৬ |
| (৯৫) | লানখিদবীনি নকাদা থাজবীয়ু | ১৭\|০৭\|১৯৮৬ |
| (৯৬) | লানখিবনিকো নিঙোল নকাদা | ১৪\|০৪\|১৯৮৫ |
| (৯৭) | লান্থোক্লুনু নঙনা নঙগী পূক্লীং | ০৭\|০৩\|১৯৯৪ |
| (৯৮) | লুপ্রাশিংদা চল্লবীও | ১৪\|০৪\|২০০৪ |
| (৯৯) | লুপ্রাশিংদা চলহৌরবী | ০৮\|০১\|২০০০ |
| (১০০) | লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা | ১১\|০৮\|১৯৮৫ |
| (১০১) | লুরুক্লবী মায়থোঙ হাংদোক্লো | ০৩\|০৭\|২০০০ |
| (১০২) | লেলহল্লো ঐবু মফম অমদা | ১৪\|০৭\|২০০৯ |
| (১০৩) | লৈ অমা শাংলি | ০৬\|০৬\|১৯৮৬ |
| (১০৪) | *লৈ অমতং থেংচগে নাপদুদা | ১৪\|০৬\|১৯৮৫ |
| (১০৫) | লৈ শকখঙদবী লৈ | ০৩\|০৭\|১৯৯৪ |
| (১০৬) | লৈকোলসিদা ফল্লদুনা | ০৩\|০৭\|১৯৯৪ |
| (১০৭) | লৈখা তারক্লবদা ঐগী পুন্সিনা | ০৩\|০৭\|১৯৯৭ |
| (১০৮) | লৈগী ফজবা | ০৩\|০৫\|২০১২ |
| (১০৯) | লৈগী লৈরাং হৈগী হৈরাং | ৩১\|০৫\|২০১২ |
| (১১০) | লৈচিল্লক্তা তিনখ্রবী নঙবুও | ৩১\|০৭\|১৯৮৮ |
| (১১১) | লৈতেংবীদ্রবা মায়থোঙদা | ২৯\|০৯\|১৯৮৭ |
| (১১২) | লৈনা শাংলি মোমোন মোমোন | ০৩\|০৭\|১৯৯৬ |
| (১১৩) | লৈমায়থক্তা কেল্লবী শমজিরৈ | ১১\|০৮\|১৯৮৫ |
| (১১৪) | লৈরাং মাবু পাম্লুরে | ১১\|০২\|১৯৮৬ |
| (১১৫) | লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নরি | ১০\|০৫\|২০০০ |

| *সে নং* | *মমিং* | *ইখিবা তারিখ* |
|---|---|---|
| (১১৬) | লৈরাংও নদোম শাৎলিবী | ১২\|১২\|১৯৯৭ |
| (১১৭) | *লৈসিগী ফজবা | ০৬\|০৬\|১৯৮৯ |
| (১১৮) | লৈহৌরে আত্মাদি থম্মোইদা | ০৩\|০৮\|১৯৮৯ |
| (১১৯) | লোইবী চীংশাং কোয়রুসি | ১১\|০৭\|২০০৬ |
| (১২০) | লোন্থোক্তবী ওইরবী নঙবুও | ০৭\|০৩\|১৯৯২ |
| (১২১) | লোন্থোক্তবীগী পাউখোল্লোই | ০৩\|০৯\|১৯৯৫ |
| (১২২) | ৱারে কৌবদা হায়দ্রবী ইমাও | ০৯\|০৯\|১৯৯৫ |
| (১২৩) | ৱারৌখ্রনি ঐবু মপোকসিমগী | ১৮\|০৭\|১৯৯৫ |
| (১২৪) | ৱারৌগনু ৱারৌগনবী নঙবুও | ০৪\|১০\|১৯৯৮ |
| (১২৫) | ৱারৌনগুমসিকো তামহৌরবী | ০৭\|০৭\|১৯৮৭ |
| (১২৬) | ৱারৌবা লৈতে নঙোন্দা | ০৮\|০১\|২০০০ |
| (১২৭) | ৱারৌহৌরবী | ১১\|০৫\|২০০৬ |
| (১২৮) | ৱারৌহৈবী মিৎস্না | ০২\|০৪\|২০০৭ |
| (১২৯) | ৱারৌহৈবী মিৎস্নানা তাক্লিবা | ১১\|১১\|২০০৯ |
| (১৩০) | ৱাশকপরৈ লোমখ্রবা নঙোন্দা | ০৬\|০৫\|২০০৮ |
| (১৩১) | শকখ্রবা ঈশৈগী সুর ঈচেলদা | ২৬\|০৬\|১৯৮৬ |
| (১৩২) | *শকমাননবী অনি লেপ্লি মাঙদা | ১৩\|০৭\|১৯৮৫ |
| (১৩৩) | শক্লিবা ঈশৈনা নঙনি | ০৩\|০৯\|১৯৮৬ |
| (১৩৪) | শক্লিবনি ঈশৈ অসি | ১৭\|০৪\|১৯৯৯ |
| (১৩৫) | শকহেনবী ফজবী নুংশিচাউবী | ০৩\|০৭\|১৯৯৬ |
| (১৩৬) | শম্লাংনা খুল্লিবী শকহেনবী | ১১\|০৮\|১৯৮৫ |
| (১৩৭) | শাদানবীনি ঐদি শাদানবী | ১০\|০৯\|২০০০ |
| (১৩৮) | শান্তিগী পাউজেল পুরক্লি | ১৬\|১০\|২০০৪ |

| সে নং | মমিং | ইথিবা তারিখ |
|---|---|---|
| (১৮৫) | হো নঙদি নত্তবরা | ১৪।০৪।২০০৪ |
| (১৮৬) | হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা | ০১।১০।২০০৫ |
| (১৮৭) | হো নঙবু নঙবু নঙবু | ২০।০৬।২০০৩ |
| (১৮৮) | হো নঙোন্দনি কৌরিবা | ১৪।০২।২০১০ |
| (১৮৯) | হো নাকেম্থা | ১৪।০২।১৯৯৭ |
| (১৯০) | হো নাপঙবা খোইমু | ১১।০২।২০০৯ |
| (১৯১) | হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা | ২৩।১২।১৯৮৬ |
| (১৯২) | হো নুজা মৈতৈ নুজা | ১৭।০৮।১৯৮৭ |
| (১৯৩) | হো নুজাও নঙোন্দনি | ০৬।০৩।২০০২ |
| (১৯৪) | হো নুংশিথোইবী | ৩০।০১।২০০২ |
| (১৯৫) | হো নুংশিবা নঙবু | ১৪।০৬।২০০৯ |
| (১৯৬) | হো নুংশিবা নদোম | ১১।০২।২০১২ |
| (১৯৭) | হো নুংশিরবা মরূপ | ০৪।০২।২০০৯ |
| (১৯৮) | হো পলেম ইমা | ১৪।০৮।১৯৯৮ |
| (১৯৯) | হো ফজবী | ০৭।০৯।২০০০ |
| (২০০) | হো মতম অমগী চান্নবী | ২৫।০৭।১৯৯৭ |
| (২০১) | হো মতমদুগী অফাউবা | ২৪।০৫।১৯৮৭ |
| (২০২) | হো মরূপ | ২৭।০৮।১৯৮৮ |
| (২০৩) | হো মালংবা | ১৩।১২।১৯৮৬ |
| (২০৪) | হো যৌবন পুন্সি নুংশিবা | ০৪।০৩।২০০২ |
| (২০৫) | হো লম্বী | ১৪।০৬।২০০৯ |
| (২০৬) | হো লম্মুক্করে | ২৫।০৩।১৯৮৮ |
| (২০৭) | হো লাইবকথীবী নুজাও | ০৮।১১।২০০০ |

*খৃদম য়াওবা ঈশৈ ময়েকশিং অসি ওল ইন্দিয়া রেডিওদা থাগৎত্রবা অমদি শকপগী অয়াবা পীবীরক্লবা ঈশৈ ময়েকশিংনি ॥

*********

(১)

# পম্খৌগী চারনি পলেমগী লৈরাংনি

পম্খৌগী চারনি পলেমগী লৈরাংনি ॥

অপোকপা পম্খৌগী য়াথংনা হৌজবীনি
অপোকপী পলেমগী য়াবানা শাচ্চবীনি
ইনীংতম্না হৌজদে ইনীংতম্না শাচ্চদে
কায়হৌবিরনু পাউমেঞ্জবা ঙমজরোই ॥

আঃদা শাৎলিবী লৈরাংসে য়েংবীয়ু
লৈনম চেনবীনি লৈশক ফজবীনি
অবাংবা পামেল শিঙেল লৈরাংনি
চৎলুচো য়েংলুচো খোয়দাবীনিদা ॥

ঐদি আশাগী মৈরি মুৎলবী তাংজবীনি
পুন্সিগী অনৌবা খোঙথাং হাপ্লরোই
তাংজবী মপোক ওইবনা তাংজরগে
মপোকসে পলেম পম্খৌ খূয়াখাদা ॥

**********

# (২)

## পম্না পম্না তুমখ্রেদো ইচাসে

পম্না পম্না তুমখ্রেদো ইচাসে ॥

পলেম নঙবু ওইনজরিবরা
পম্বৌ ঐবু ব্বারৌজরিবরা
করি অশোয়বা য়াওখিবনো
পলেম পম্বৌ ঐখোয় অনিগী ॥

মমা নঙনা থোংলিদো তরা-চাউবী
মপা ঐনা শেন্নরিদো নুংশি-মতুমসে
থোংলিবা তরা-চাউবী ঙাইঙমদনা
তুমথখরেনে মপা ঐগী তম্পাক্তা ॥

চাখিদরে থোংলিবা তরা-চাউবী
পলেমগী হোৎনজমন ব্বাৎখিবরা
পম্বৌগী থৌদাং কোমখ্রবরনে
পম্না পম্না তুমখ্রেদো ইচাসে ॥

*********

# (৩)

## পলেমনা পুন্সিনি পম্বৌনা থবায়নি

পলেমনা পুন্সিনি পম্বৌনা থবায়নি
আত্মানা চঙজরি ইবুংঙো নঙোন্দা
সিনিদো নুংশিবা সিনিদা নুংশিবা
হৌরকফম লৈতবা পম্বুংফম খঙদবা ॥

হি হোল্লি হিহোনবী ঐনা
ঈপাক লান্না পম্বুংফম য়ৌননবা
বাখলগী হিনাওনি পুন্সিগী নৌরেননি
চেম্থরি ঈচেলসু ঈপাক তম্মা ॥

মঙলানগী ঈপাক্তা তাউথরি
নঙসু ঐসু মাসু নঙসু ঐসু মাসু
হো মঙলাননিকো মঙলাননিদা
সিদা সিদা সিদা লৈরে নুংশিবা
নক্লা নাক্তা নঙগী নঙগী থম্মোইদা ॥

*********

## (৪)

# পাইখরো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা

পাইখরো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা
চংলো চুরম্মু মৈরি থম্মোইদা ॥

লেঙ্গরবা পুন্সি ইঙাগী নোংজুগুম
খঙ্গবদা য়াইফনবা নঙগী পুন্সিনা
কপচবা নত্তনা উররোই কপচমল
নীংজবা নত্তনা ফংলরোই নীংজমল ॥

নুংশি পম্বুং তামত্রবা
খুজেং খুজেং পালোয়ননা
করম্না য়ৌসিগে খল্লিবা
ফংলরোই লেপ্পনি খোঙথাং ॥

মচেৎ তারবা থম্মোই
পল্লেপফম খঙদ্রবা পুক্লীং
হিংলিদা হায়রবা পুন্সিনা
ঝারৌবা লৈখিদে নঙোন্দা ॥

**********

# (৫)

## পাইথোকখিদ্রে অমুবা নোংগী মপৈ

পাইথোকখিদ্রে অমুবা নোংগী মপৈ
পুর্ণিমা থাজনা করিবু লংজরুবনো ??

চিক্ল মম্ন লৈকোলসিদা ফম্নদুনা
ইঙাগী পুর্ণিমা থাজবু য়েংলগা
চেলহন্নীংবনি নৌনা ঈচেল অমা
থম্মোই অনিনা তোবর্বান শেম্নদুনা ।।

অমুবা নোংলিকও' লৈচিন ওনখ্রো
লৈচিন ওনখ্রবা অমুবা নোংলিকও !
পাইথোকখ্রো খঞ্জিল্লুরনু পুর্ণিমা থাজবু
লৈতেংহল্লো থব্বান লিশিং লিশিংনা থাজবু ।।

থাজনা থোক্লকপা ঙাইহিবা ঐবু
লুপা মচুগী থাবলবু ঙাইহিবা ঐবু
লুপহল্লোনে নুংশিব'ই ঈচেলদুদা
তাউথহল্লোনে নুংশিব'ই ঈপাক্কুদা ।।

**********

# (৬)

# পাইরক্লো কুমগী নোং

(পূন্না শকমিন্নবা)

পাইরক্লো কুমগী নোং
ননীং তম্না ৱা ৱা চুররো ॥

ইংহল্লরো ঈকংলবা লৈবাকসিগী
ঈখৌ লাংলবা-লাংলবী ঐখোয়বু
পাইরক্লো কুমগী নোং
ননীং তম্না ৱা ৱা চুররে ॥

চেল্লরো পাক্লবা লৌবূক লমহাংদা
লাইজ ঈশিং লৌরী ঈমায় চোন্না
শান্নররো কৌজেং হারৌ ননীং তম্না
খোংলরো পোশ্মী চেক্লা নখৌ পোংনা॥

লৌমীশিংগী ওইনা য়েপপা শাজৈ
লৌমীশিংগী য়েৎনা পায়বা লাঙ্গোল
লৌমীশিংগী কোক্তা উপলিবা য়েম্পাক
তাহল্লরো অর তিতি খোঞ্জেল॥

*********

(৭)

## পাখণ্ড ওইজরম্লবদি

পাখণ্ড ওইজরম্লবদি নঙগী মতমদা
মিংচীদু মিংয়েংদা তিল্লমগদবনি
লাইবকতা তম্লমদে মতমনা খনখরে
ব্বারৌগনুকো ব্বারৌ-মানবী নঙবুও ॥

নঙগী মিংয়েং উখিদবা নত্তে
নঙগী মিংচী ফাখিদবা নত্তে
লোচ্চনীংদে লাঞ্জনীংদে নকাদা
হো ঐ পাখণ্ড নত্তে নত্তে কো॥

য়েংলক্কনু ফোঙনা ফোঙনা
মিংচীনরক্কনু লোন্না লোন্না
মিতাবীরনু ঐগী থম্মোইবু
লুপনীংদরে নঙগী নুংশি-ঈপাক্তা॥

*********

(৮)

## পাখঙ পূক্লীং হুনা ফজবী

পাখঙ পূক্লীং হুনা ফজবী
ঙসিনা অহানবা উনবী
অরোইবদি থম্মগুমসিকো
হো পাখঙ পূক্লীং হুনা ফজবী ।।

নুজাই নীংজু শম্লাং য়েংলুবদা
পাখঙ মিৎস্না ঙাওইদা ঙাওই
শাইনোননা শম্লাংনা নাপনা
পাখঙ থম্মোই শুম্মিদা শুম্মি ।।

নাপগী নাচোম্না লৈখোক্তা পানবগুম
নুজা মিৎস্নানা মিৎস্নাদা তাবগুম
ইকাইগুম তৌরিবী য়েংনীংগুম উরিবী
হো পাখঙ পূক্লীং হুনা ফজবী ।।

মাঞ্জ কনাদা ঙাওগে খল্লুনু
পাখঙ ঐনি নঙগী পুন্সিদি
হ্বরেন লাক্কে হয়েংসু য়েংলগে
মোমোন মোমোন নোক্কুনা লৈরম্মু ।।

**********

# (৯)

## পামজবা নঙবু পামজনা থমগনি

পামজবা নঙবু পামজনা থমগনি ।।

কৎচরবনি পামজবা নঙোন্দা
ঐহাক্কী থম্মোইসু পূক্নীংসু
কৎথোক্লবনি পাম্মুবা নকাদা
ঐহাক্কী থৱায়সু হকচাংসু ।।

লাক্লগে পামজবা নকাদা লৌশিনবীরো
নোকমিন্নসি থৱায় তানা পামজনা
শকমিন্নসি ঈশৈ নুংশিবা সুরদা
হো পামজবা নঙবু পামজনা থমগনি ।।

লৈকোলদা চঙলুসি লৈবু হেক্লুসি
মচু মচুগী থৱায়না তাবা খন্দুনা
কৎলুরসি য়েন্দাইগী লৈশিংসে
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী খূয়াখাদা।।

**********

# (১০)

## পামজদে অমত্তা লৈজদে ঐগী

পামজদে অমত্তা লৈজদে ঐগী
লোয়নজরকপা নহাক নত্তনা ॥

করি হায়রগা থাজবীনি
করি তৌরগা পেনবীনি
মীনমদ্রবা পূক্লীংগী পাউদমনি
শেংলবা থম্মোইগী ব্রাকৎনি ॥

লৈকোলসিসু নঙগীনি
নঙগী ওইনা শাৎচরিবীনি
চিংননা লান্না খনবীনু
হেকপীয়ু লৈরাং ঐবু ॥

নঙনা ঐগী থব্রাইনি
থব্রাই ওইরিবা নঙগী
লেপ্লবনি ঐগী পুন্সি
থল্লবনি লেংদ্রবা আশা ॥

*********

# (১১)

## পামজবা লৈনা নুজা নাপদা

পামজবা লৈনা নুজা নাপদা
থাগোন্নজবা থম্মোইনা থম্মোইদা
পেঞ্জরবা পৃক্লীংনা পৃক্লীংদা
য়েংবগী পেনবা নাইদরে ॥

নুজা শন্নাংনা নীঙজুদা য়েজবা
নাপগী নাইননা লিরিক্লা হাইজবা
নুজা মায়থোঙনা লুরুক লুরুক
য়েংবগী পেনবা নাইদরে ॥

নুজা মপোক খোয়দাজে
নুংওন্ননু নুজাও নঙগী লেঙদ্রবা ঐনি
পুন্সি পন্দোল লোম্মিন্ননি
পুন্সি পস্তুং য়ৌমিন্ননি ॥

*********

## (১২)

## পারি নঙবু শুমলগে

পারি নঙবু শুমলগে
হুম হুম তুমথরো
পারি মনি মতুমও
পারি নঙবু শুমলগে ।।

অদুঙৈ পারি মনি মমানা
পারি কুমজা কুমওনদ্রিঙৈ
পারি নঙবু শুমখিগুম
পারি নঙবু শুমলগে ।।

পারি খুত্তে লৌরগা
নাহোং শেগা থোংখিবা
নঙ ঐ শকমিন্নখিবা ঈশৈনা
পারি নঙবু শুমলগে ।।

করম্বা বিথিগী খুৎশেমনো
কায়নখিনে মনিগা মমাগা
অরোইবা ওইরবরা মনিমা নঙবু
লাকখো য়ারোইকো হল্লকখোনে ।।

**********

# (১৩)

## পায়ররোই খুত্তা তুরি

পায়ররোই খুত্তা তুরি
চিংলরোই অনৌবা ময়ি ।।

থব্বায়না তাবা মচুনা
তুরিগী মথৌ হাপ্লদুনা
পেনবা কৌবা লৈতনা
য়েক্লবী হে চিত্রেশ্বরী !!

পম্ভৌ পামেল মখোঙদা
চিক্লা নাইতোম শাংলম্বী
চিন্নীংনা চিন্নদ কেনশ্রবী
ঐগী থম্মোইগী থম্বালও !!

মপোক লাংওন অমদা
শাংলুকো থম্বাল তোমথিননা
নুংশি নুংশি য়েংজগে
লোন্না লোন্না খোয়দাজগে ।।

*********

## (১৪)

## পি নঙ শিঙ্গুরকউ

পি নঙ শিঙ্গুরকউ লেপপা য়াদে খঙঙু
চয়েৎনরবা পুন্সিনা চয়েৎনদনা হিংদ্রিফাওবা।।

শম্মদ্রবা তোবর্বান খাংমা খাংমনি
লেপলি তিন্নদ্রবা ময়াম অমা
ইতৌ য়েংবদা অঙাওবগুম উরি
লাক্কে হায়বা খরসু লাক্লি ।।

মখোয়গী খাকৎনা কপহল্লে ঐবু
ইদোম হিংজগে খঙবা পুন্সিনি
লোইনরুবনা মখোয়বু পোত্থাহন্দরে ঐবু
চয়েৎনরবা পুন্সি থৌদাং পুদুনা ।।

অমগী পাউনা অমবু নমহৎলি
অসিমা তৌদ্রদি হায়রি অমগী মায়োক্তা
পি নঙ শিঙ্গুরকউ লেপপা য়াদে খঙঙু
চয়েৎনরবা পুন্সিনা চয়েৎনদনা হিংদ্রিফাওবা।।

**********

# (১৫)

## পিরাং শিঙ্গুরোইদবা কনা লৈবগে

পিরাং শিঙ্গুরোইদবা কনা লৈবগে
ৱারীসিবু তারগা থৌদোক্কুবু উরগা ॥

চেংলৌ শক্তমনা তম্ফানি সনারক্কী
সনা মিংলেনসু তম্ফাদা তম্ফানি
লাইজ ঈরেল্লক্তা তিল্লম্লে সনাহকচাং
অহিং অমগী লাইবক থীরবা পুংজাদা ॥

করি মতৌ কৌবনো মীওইবা শাজৎলা
নুজানি কাউবরা পাঙ্গলশোনবীনি খন্দবরা
করিগী নমজা নমথেকপনো করিগী তুহৎপনো
শারমচৎ ঙারমচৎ ঈকায়নিঙাইনি ঐখোয়গী ॥

ইমাগী তম্ফা ইমাগী তম্ফা
খোঞ্জেল খোক্ত্রবী হিক্রবী সুরদা
পুম্সিগী য়াহিপ তানগ্রবী নঙবু
কৌরিনে পলেম শকপী কনানা ॥

*********

# (১৬)

## পীরমদ বিদায়গী কল্লবা চৈথেংনা

পীরমদ বিদায়গী কল্লবা চৈথেংনা
ঙসিসু ওইহ্রি থম্মোই লাইমন ॥

অমম-অঙান অয়ুক-নুংথিন
খেন্নবা করিনো হংলি ঐনা
পীরমদ বিদায়গী কল্লবা চৈথেংনা
ঙসিসু ওইহ্রি থম্মোই লাইমন ॥

নুংশিবা মকাদা ফোঙনা চঙজখি
ব্রাহংতগী পাউখুমতবু ঙাইজখি
পীখিদে ঐগী ব্রাহংগী পাউখুমদি
করিগীদি য়েংলম্নি উনবা খূদিংদা॥

থম্মোইবু শুমখি পুক্লীংবু পুনখি
লোন্না তত্তনা য়েংলম্বা মিৎয়েংশিংনা
ওইখিবনি মিৎয়েংদুনা অরোইবা বিদায়
ঐগী পুন্সি বসন্তগী খোঙচৎতা ॥

*********

# (১৭)

## পুন্সি অসুম্মা তৌবোইরে

পুন্সি অসুম্মা তৌবোইরে হে পুন্সি
নীংশিলরোই খল্লি নীংশিংদবা ঙমদে ॥

থাবলগী পূক্লীং হুর খোঞ্জেলনা
নীংশিং সুরদা ঈনোৎ হাপলরি
হঙ্গৎলু য়ারোইদবা পুন্সি ঈচেলবু
ঙৈহাক্কী ওইনা হেক হেক য়েৎলরি ॥

ৱাখলগী ঈরৈ অমা শেল্লি
অমূক হঙ্গৎতুনা চেন্নীংলুরি
ঈরৈদি ঈচেল অদুম ওইখিনি
লেপখ্রবা ঈচেলদা তিল্লুবা য়াররোই ॥

থাবলগী থাবলদা নীংশিংলক্লিবা
তিন্ন য়েন্ননা চৎলিবা হো অৱাবা
হো নুংঙাইবা, হো অৱা নুংঙাই
খায়দোক্লনা চৎনসি য়াররোইনে ॥

*********

# (১৮)

## পুন্সি ঈচেলসিদা ঈরাক্লুরেহৈ

পুন্সি ঈচেলসিদা লম্মৃক্লুরেহৈ
মায়কৈ খঙদরে নৌরেন থাদরে
হো কদোমদনো ঐগী পম্বুংফম
কদোমদা হোল্লুগে হিসিবু হো হিসিবু ॥

অমম্বা অতিয়ানি লম্মৃক্লুরবা যাত্রিক্লি
লাংলবা ঈথক ঈপোম ঈয়ায়সিদা
মায়কৈ লেপপা ঙমদ্রবা হিহোনবনি
কদোমদা হোল্লুগে হিসিবু হো হিসিবু ॥

পুন্সিগী অশোয়বা খোঙথাং কয়ানা
লম্বী ওন্নবা হোনখ্রবা হিসিগা
পুন্সি ঈচেলসিদা লম্মৃক্লুরেহৈ
মায়কৈ খঙদরে নৌরেন থাদরে ॥

লুপতে হাইবতা ঙাইরবা হিহোনবা
হো হিহোনবা ঐনি হিহোনবা
লুপপা য়াদে হো হিহোনবা
নৌরেন পাইয়ু হিমাই থিয়ু হিহোনবা ॥

*********

# (১৯)

# পুন্সি ঈশৈ শকমিন্নসি

পুন্সি ঈশৈ শকমিন্নসি
ঈপাক পুম্বা লানমিন্নসি ॥

লৈরাং শাৎপা য়েংমিন্নসি
খোইমু তোংবা মিতামিন্নসি
শক্লাব'ই শৈথারোল কাউনগুমসি
শৈরাংব'ই শৈরোল খোৎচিনমিন্নসি ॥

পুন্সিগী লাকচবা পুন্সি কুম্মৈদা
থৌদাং লৌরি নায়ক-নায়িকা ওইনা
নোংমদি শিনি খঙনা হিংনরিবনি
হিংলরোই খঙনা শিনীংদে কনাসু ॥

মায়াগী তাইবংনি অঙকপা কুম্মৈনি
অহৌবা লৈতে অরোইবা খঙদে
শোয়দনা চৎখিনি নোংমদি কায়নরদুনা
লেঙদনা হল্লকনি অমা তিল্লগে হায়দুনা ॥

*********

## (২০)

## পুন্সি নঙগা করি থোক্লে নুংশিবা

পুন্সি নঙগা করি থোক্লে নুংশিবা
থাদোক্লে ঙমদে নুংশিবা নঙবু ।।

পাল্লি থম্মোইদতা খল্লু নীংল্লুরগা
ফাউই থম্মোইদতা পল্লু শোল্লুরগা
পুন্সি নঙগা করি থোক্লে নুংশিবা
থাদোক্লে ঙমদে নুংশিবা নঙবু ।।

কায়নখরে নুংশিবা কয়া পুন্সিদা
লোইনখরে পুন্সি কয়া নুংশিবদা
তনিক্লা শোঙ্গে নুংশিবা নঙবু
মঙম শান্দ্রবা নুংশিবা কয়ানা ।।

ফাজিন্দুনা থল্লিয়ে ঐগী পুন্সিসে
মশকসু উদবা নুংশিবা নঙনা
মচুসু লৈতবা মঙালসু লাক্তবা
থম্মোইদতা ফাউবা নুংশিবা হো নুংশিবা।।

*********

# (২১)

## পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ

পুন্সি নঙসে ঙকইদি হায়নৈ
মঙম শান্দে মমি শামই
অশোয়বা খোঙথাংনা য়োল্লি
লাকই চংখি অমুকসু হল্লক্লি ॥

অমনা কপ্লি মৈচাক অমগী
অমনা নোক্লি খৌদোক অমদা
নঙনা থিরি লেপ্তুনা নুংশিবা
ফংলরোই উররোইদবা নুংশিবা ॥

কনাগী নাপদা তৌরুনুকো চিরোল
নীংঙমদ মৈচাক খাংজনি
মৈরি মৈশানা হুমজনি
পুন্সি লাইমন কাংজনি
চিরোল চিরোল তৌরুনুকো চিরোল ॥

*********

## (২২)

## পুন্সি নহাকসে হৌখিবা খঙহৌদে

পুন্সি নহাকসে হৌখিবা খঙহৌদে
খঙনা খঙনা উনা উনা তানা তানা ॥

কনানা শুবি চোকথবা নাইদনা
থবকনা পুন্সিনি তাক্লিবা পুন্সিদা
কনানা কপলি তেংথা নাহেনা
অৱাবসিবু উবিবদি ঈশ্বৰ মহাক্তনি ॥

মখোযগী ফুবা দলাল মিহৌবা নত্তে
লৈজদে আশা নীংজবদি লান্দেনা
ঐখোয়সু মীনিকো মসিতদি কাউননুসি
মীনা মীবু মীনুংশিদা মীনমনুসি ॥

পোলোয়দি অমত্তনি হৌবকফম তিন্নদ্রবসু
চৎপ্রবদা থৱায়না হকচাংবু থাদোক্নুনা
পুদুনা লাক্তে ফুরা দলাল, সনা লুপা
লৈরমনি মফম থৌজাল হৈবা কনাগীদি ॥

**********

# (২৩)

## পুন্সি পন্থুংফম য়ৌননবা

পুন্সি পন্থুংফম য়ৌননবা
চৎনবি পুন্সি ঈপাক লান্নবা
ৱাখলগী হিনাউ তোংলদুনা
আশাগী নৌবেন পায়বদুনা ॥

কদোমদনো লম্বী কদোমদনো পন্থুং
লম্মুক্লদবা কনানো পুন্সি ঈপাক্তা
নীংঙমদ মৈশা নংদবা কনানো
মীওইবা পুন্সি নিংঙমদ মপোকসিদা ॥

তাউথনরি পুন্সি ঈচেলসিদা
আশাগী পামেল পুরদুনা
থারুনবা শিদ উপাল অমমম
থৱায়না তাবা পন্থুং খূদিংদা ॥

*********

# (২৪)

## পুন্সি লামায় হাংলগে

পুন্সি লামায় হাংলগে
হঙ্গৎনা অমুক চেল্লুনবা
নীংশিংবগী মমিদা লুপলগে
নীংঙমদবগী মৈচাক হাপলগে ।।

মালংবদা পাউজেল থারগে
নুংঙাইনা হিংলি হায়রদুনা
লক্করগনু চেক্লা তম্বীরুচোনে
হিংজরি ঐ নুংঙাইনা হিংজরি ।।

মহৌশা কৌবীও কায়রক্কনু নঙগী খুৎশেম
লান্না লৌবীদুনা ঐগী মঙলানবু
নোংমদোন লৈচিলও লক্করক্কনু
মচু মচুগী মিত্রংগী শকলোন উৎলদুনা।।

**********

# (২৫)

## পুন্সি ৱারীনি ইরিবসি

পুন্সি ৱারীনি ইরিবসি
পুন্সি ঈশৈনি শক্লিবসি॥

ৱাহং কয়া কয়া হংলকপদা
পাউখুম পীগনি ঐনা
পুন্সি ৱারীনি ইরিবসি
পুন্সি ঈশৈনি শক্লিবসি ॥

নঙগী ৱাহং অমদা
ঐগী পাউখুম লৈতে
নঙগী ৱাহং খুদিংদা
পাউখুম পীগনি ঐনা
পুন্সি ৱারীনি ইরিবসি
পুন্সি ঈশৈনি শক্লিবসি ॥

ঐগী পুন্সি ৱারীদা
নঙগী নুংশি ঈশৈ য়াওরি
ঐগী পুন্সি ঈশৈদা
নঙগী নুংশি ৱারী য়াওরি ॥

*********

(২৬)

## পুন্সিগী পাউখোঙ অমা চল্লম্বা

পুন্সিগী পাউখোঙ অমা চল্লম্বা
ফোঙওমদনা লৈহৌরে মপোক'সিদদি
উনসিকো অমুক্তদি মপোকসিগুম
মপোক লাংওন অমদা ॥

কেন্নীংদনা কেনখ্রবী লৈরাংও!
য়েংনীংদনা য়েংখিবা ঐনা
ফোঙজগে নঙগী পাউখোঙ
নীংজ লাংওন অদু লাক্লবদা ॥

চংখ্রবদা নঙনা অসুম্না মপোক'সিদা
ওইহৌরে ঐদি পিরাংগী পুন্সি
হল্লকখো অমুক্তদি লাংওন অমদা
নোকচগে পিরাংনা থুম্লবা পুন্সিসে ॥

**********

# (২৭)

# পুন্সিগী মঙলান অমদা

পুন্সিগী মঙলান অমদা
নহাক্লা তিল্লরি ঐগী মিৎয়েংদা
চোয়জাইনবী শন্নাংলক্কী মিৎচীনা
তোয়না য়েংখিবা মঙলানদুদা তিল্লরি॥

ঈপাক্তা তাউরিবা শোল্লবা লংলাদা
তোংদুনা চৎলি ঈচেলসে লান্নবা ঐনা
ঙাইহিরি তোবর্বানদা খুৎলাম তোয়না নঙনা
য়ৌরকখিদরা হায়না ঐবু তোবর্বানসিদা॥

পাম্না পাম্না পামই হায়খিদ্রবী
চাক্লা চাক্লা নীংঙমদনা চৎক্লবী
নীংজবা কায়নবা অনিগী মরক্তা
তিল্লরি থম্মোই অনিনা মঙলানসিদা॥

*********

## (২৮)

## পুন্সিগী লাম্মীনি ঐখোয়

পুন্সিগী লাম্মীনি ঐখোয়
খূৎলায় থিরিবা লাম্মীনি ঐখোয়
হিংনবা পুন্সিগী লালফমদা
পুন্সিগী লাম্মীনি ঐখোয় ।।

হুমাং মরিক লংলবা মায়খোঙ
অমোৎ অকায় নাল্লবা লম্বী খোঙ
খেন্নবা লৈতে মোল্লবা মোমপাক্লি
পোত্থাফম্লি পোত্থাফম ঐখোয়গীদি ।।

মান্নদে মান্নফম লৈতে
নহাক্না ঐখোয়গা মান্নদে
শেম্বীবা মপুঙ্গুম নীংতম্লিবা
শক্তিবু লৈরবা নহাক্লি ।।

অচুম অরান মীনুংশি খঙনা
থৌদাবিয়ু ঐখোয়বু পায়হল্লু খূৎলায়
লানঙম ফিরাল থেৎলুগে
ইমাগী তুংগী ফিরেপ শেন্নগে ।।

**********

# (২৯)

# পুন্সিদা অমুক উররোই

পুন্সিদা অমুক উররোই ॥
লাকখো হায়গে খল্লরোই
নীংজমন ফংখিদে ব্বারৌররোই
নুংশিমন পীরমখো হায়ররোই ॥

ঐনা হিন্দুনি নঙনা ইসলামনি
খেন্নবা লৈখিদে থম্মোই থম্মোইদদি
কয়াদা চমজবা কয়াদা শেংজবা
পুন্সিদা অমুক উররোই ॥

নঙবু নুংশিদে করম্না হায়গনি
মঙলানদা লাক্তে করমনা মীনমলুনি
থম্মোইদা তাখিদে পূক্লীংদা পানখিদে
চীন থীরসিরা মিৎলু পিরাংলকসিদা ॥

ব্বাংম ব্বাংমগী নুংশি ব্বারীনি
তোবর্বান অনিনা তিন্নখিদবা
ঈচেলসিনা ঈপাক য়ৌগ্রবসু
অমতদি নৎতরা তোবর্বান অনিসে ॥

*********

## (৩০)

## পুন্সিদা অমুক হন্না উনগুমসি

পুন্সিদা অমুক হন্না উনগুমসি
উনদনবা চংনসি উনজরোই ঐ
নীংহন্ননা শোম্বরবা থম্মোই ঐগী
নঙননি নঙনা হায়ররোই ঐ ॥

অরানবা মিংয়েংদা উরম্লি নত্তে
ঈকাইখুম্নজবনি উনররোই নীংনা
ৱারৌনগুমসিকো থম্মোইগী পান্দম্লি
লেপচরবা পৃক্লীংগী য়াৱাখোলনি ॥

হায়ররোই হায়নীংবা নিররোই নিনীংবা
নুংশিনা নীংশিংজবা নত্তনা নঙবু
অদুঙৈগী নঙগী ঐ ওইজদ্রবা ঐনি
শাশিন্নবা ঐনি ঐ কাউবিরগনুকো ॥

*********

# (৩১)

## পুন্সিদা অমুক হন্না উররোই

পুন্সিদা অমুক হন্না উররোই
নুংশিবা নঙগী চেংলৌ শক্তম
পুন্সিদা অমুক হন্না তাররোই
নুংশিবা নঙগী য়াব্বা খোঞ্জেল ॥

করিগী অদুক থম্মোই কনখিবরা
চৎলোসু হায়ররোই চৎখিনুসু শোল্লরোই
মচেৎ মচেৎ তাহৌরবা থম্মোইগী
হাংলবা মফমসি কনানা মেনবীগনি ॥

হায়নীংবা হায়হৌদে হংনীংবা হংহৌদে
লাকখিনি নীংলি লাকপদি লাক্লরোই
মঙলাননা কবিনো তাইবংনা কদায়নো
হায়ফম খঙদে পোত্থাফম খঙদে ॥

*********

## (৩২)

# পুন্সিদা করিগুম্বা উনবা থোক্লবা

পুন্সিদা করিগুম্বা উনবা থোক্লবা
নুংশিনা কৌরক্কে খুম্নীংনা খুম্লকউ ॥

খুম্নীংদনা তুমিন চৎখিবা থোক্লবা
করি ওইহৌনি খল্লুকো ঐঙোন্দা
পুন্সিদা করিগুম্বা উনবা থোক্লবা
নুংশিনা কৌরক্কে খুম্নীংনা খুম্লকউ ॥

মহৌশাগুম য়েংলক্লোই মীতাজনা
মতমদুগী মায়থোঙ থাজমানবীদা
অদুঙৈগী পিরাংমলদি শক্লসিনে
নঙগী মোমোন মীনোক অমনা ॥

চঙজৌকো থবায় হকচাংদি মবুংঙোদা
পূক্লীং ৱাখল তয়াং তশোইরবা
য়ারোইকো ঐদি য়ারোই খঙঙু
ৱারৌহৌনিকো পুন্সিগী ওইনা ॥

*********

# (৩৩)

# পুবীরে ঐবু নঙগী ননাক্তা

পুবীরে ঐবু নঙগী ননাক্তা
তাম্না মিরবা ঈশৈগী সুরনা
মোমোন্নবী মায়থোঙ উহনবীরি
নুংশিবা সুরগী তাম্থানা পুল্লদুনা ॥

ঐবু ঝারৌনা কায়নখ্রবী নঙোন্দা
হন্না য়েৎচখিগে খনখিবা লৈতে
নৌহৌননা মিতারুগে নীংখিদে
পুন্সিগী লমনসু শিংঙস্লরোই ॥

নুংশিদকো নুংশিবা মপান নাইদবা
মতমদো নীংশিংলকই নীংশিংদবা ঙমদে
মরম লৈতনা নিঙোল শঙ্গাইদা লাকখিবা
লাক্লীংনা লাকখিবনি নশুংলাংগীনি ॥

**********

# (৩৪)

# পৃক্লীংগী ইথিল অমনা পুখি

পৃক্লীংগী ইথিল অমনা পুখি
অসুম অসুম লাপনা তামনা
মায়াগী সংসার অমদা তাউথখি
নীংশিংবা কৌবা লৈতনা ॥

অমমবা লম্বীগী মৈখুলক্তা
অমুবা ফিজোল শেংলদুনা
চংলুই মঙলৈবাক্কী তাইবংদা
অমবাবতি লৈকোল য়ৌনবা ॥

লৈগী দোলাই অপাইবী তোংলদুনা
লেপলম্মী মহাক্লা ঙাইরদুনা ঐবু
অথাপপা মন্দিরদা শক্লিবা ঈশৈগী
মিরবা সুব য়ৌরক্লি মালংবনা পুরদুনা ॥

*********

# (৩৫)

## পেন্দবা কৌবা মচুনা

পেন্দবা কৌবা মচুনা
য়েক্লি নঙগী শক্তম অমা ।।

য়েকখিনি নঙগী শক্তমসে
হন্নান্নহন্না তুরি থাদুনা
অশেংবা মুর্ত্তি ওইনা
ঐগী মাঙদা লেপ্লদ্রিফাওবা ।।

য়েকপগী পেনবা কৌবা লৈতে
য়েংবগী মিৎফম হোংবা লৈতে
তুরিগী মথৌ হাপকৎলক্লি
অসুম অসুম য়েক্লিবমখৈ ।।

লোইশিনবা কৌবা লৈররোই
নঙনা মুর্ত্তি ওইনা লেপলদ্রিবমখৈ
হে তাইবং লিচৎ কাউরবী
নঙবু অমুক্তদি লেপ্লরোনে মাঙসিদা ।।

*********

## (৩৬)

## পোমশাৎনরবী মালিকানা

পোমশাৎনরবী মালিকানা শাৎকায়রবী কুন্দোবু
তুমিন তুমিন মতৌ তমজরি
খোইমুসু ঙংলরি লৈহিসু চুপ্লরি
হঞ্জিন হঞ্জিন চুপ্লরি কুন্দোদা॥

ঙংলিবা খোইমু কুন্দোগী লৈকাদা
মালিকানা কল্লকচৈ কুন্দোনা খঙবিদে
নৌজরিবী মালিকা লৈরাংবু উবগা
পাইথোরক্লে খোইমু মালিকা তমনা॥

ঈকায়রবী মালিকা'হ মতৌ উরগা
খোইমু ঙংনা ঙংনা পাইথোরকই
লুরুক্লবী মালিকা খজিক খজিক লেঙলকই
অমুবা খোইমুবু লোন্না লোন্না য়েংজরি ॥

*********

# (৩৭)

# পোখাজখি অনিগী কল্পনাদা

পোখাজখি অনিগী কল্পনাদা
তুমথরো য়াদ্রবা অহিংসিমদি ॥

কল্লকচবা নত্তে মীতাবসু নত্তে
খঙহৌদনা তাউথখিবনি ঐগী ৱাখল
পোখাজখি অনিগী কল্পনাদা
তুমথরো য়াদ্রবা অহিংসিমদি ॥

শারমগনি য়ুম্বান ৱারী নুংঙাইবা
তানবমগনি অৱা-নুঙাই লৈত-লাইর
অমনা হায়গনি অমনা নোক্কনি
করিবু চাসিগে করিবু তৌসিগে॥

হো ঙাল্লকখিনু ইনুং শোরা পূকফবা
খোংলকখিনু চেক্লা অয়ুক্কী পাউজেলদা
তুমখুন তানখিবদা ঙাইহরি অনিসে
নুংঙাইরবা অহিংগী ৱারী লোইরদুনা ॥

**********

# (৩৮)

## ফজৈ খল্লিবা থাজনা

ফজৈ খল্লিবা থাজনা মায়হিং কারি
ঈমায়থক্কী থবো থম্বাল থারিকথা
লৈনম ব্রাংলি ঋতু শুনা শাংতে
ফজৈ খল্লিবা থাজনা মায়হিং কারি।।

হিংগোক্লবী লৈবাং কবোকংসে
ফজববা মচুনা লৈতেংলিসে
মফম চানা মওং তানা শাত্তবনি
মপু মাগী খৃযাখাদা কংনদবনি ।।

যৌবনগী পুন্সিদা বসন্তগী লৈকোলদা
কাওথোকপীখি ইশক ইঙাল লৈজদবী ঐবু
ওইখি লৈনমপুবী কনাগী মবুংঙো
ফজৈ খল্লিবা থাজনা মায়হিং কারি।।

**********

# (৩৯)

## ফজৈদকো ফজৈ নুরা ইবেম্মা

ফজৈদকো ফজৈ নুরা ইবেম্মা
থোইবী পোকখিবী লমদমগী
হো মোইরাং চনুরা ইবেম্মা
ফজৈদকো ফজৈ নুরা ইবেম্মা ।।

হিনাউ নৌরেন লোয়নরক্লবী
লুতুং শমজি শাংলক্লবী
খ্বাংদা খ্বাংচেৎ থোল্লিবী
লোক্তাক পাৎতা ইনজিংলিবী ।।

হিথক্তা চেংহী শম্বাল লাংলিবী
হৈক্রক মরিনা খূৎশালক্তা য়েৎচরিবী
চুরিবা নোংগা পাম্থক ওইহরিবী
পাখণ্ড পূক্লীং হুনা কেজরিবী ।।

নুংশি চাংয়েং লময়ৌবী
শায়োন কয়ানা হৌগ্রবী
কুবীহৈবা ইবুধৌ থাংজিংগী
লাংওন খূদোল ওইহরিবী
হো মোইরাং চনুরা ইবেম্মা
ফজৈদকো ফজৈ নুরা ইবেম্মা ।।

**********

## (৪০)

## ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক

ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

পোক্লফম লমদম কালৈবাক
নোংপোক ভারতগী চিদায়দা
ইংনা চিক্লা ঙাল্লিবী কংলৈবাক
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক
ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

চীংমীশিংগী কায়দোংফম ওইরিবা
মহৌশা কৌবীগী মথোই হাপলিবা
ঈপোম নাইবা চীংশাং পরেং
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক
ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

ইমফাল কৌবী তুরেলনা ঈহৌরকলি
চীংশাং পরেং কয়া লানদুনা
উৎলরি অমত্তনি চীংমী তমমী
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক
ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

*********

# (৪১)

## বদনামসে কৈদৌঙে লোইগনি

বদনামসে কৈদৌঙৈ লোইগনি
হকচাংনা মীনোক মীশা মরক্তা
থম্মোইনা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
নঙগী থম্মোই কনমল্লি হায়খিদে॥

পুন্সি পুন্সিদা নঙগী ঐগী
বদনাম পীখিদে ঐনা নঙবু
বদনামসে কৈদৌঙৈ লোইগনি
হো বদনামসে কৈদৌঙৈ লোইগনি ॥

ঐনা নঙবু তত্তনা ওৎখিবা
করিসু য়েৎচদবীনি খঙঙিনে
মায়রোং য়াখিবা ঐনিকো
অরোইবদদি পূকফবী নহাক্কী॥

মরালদুদি ঐখক্তগী নত্তবনি
নঙনদি উরি মখোয়নদি উদে
পুন্সি পুন্সিদা নঙগী ঐগী
বদনাম পীখিদে ঐনা নঙবু ॥

*********

## (৪২)

## বসন্ত ঋতু লাক্লে

বসন্ত ঋতু লাক্লে
য়েলহৌফবী লৈরাংশিং শাৎলরে
মালংবগী তাম্বাদা জগোয় শাররে
বসন্ত ঋতু লাক্লে ।।

তোংমিন্নরম্বা খোইমু করি হায়নখিবা
ঙংনা ঙংনা পাইথোরক্লে
অপোম্বী লৈরাংদা কায়হৌবীরি
শাৎলবী লৈরাংনা কল্লকচরি ।।

লৈমন চন্দ্রৌরবী লৈরাংনা
লিশাংথানা হৌব্রবা পুন্সিবু
নৌহৌননা অমুক নীংশিংজরি
থোকখিবা থৌদোক্তা মোমোন নোকচরি

**********

# (৪৩)

## বসন্তনা লাক্লবদা নাকেন্থানা

বসন্তনা লাক্লবদা নাকেন্থানা লোইশ্রবদা
কুমদমলক্লে ফাইরেন নোংলিক লময়ানবা ।।

বসন্তনা লাক্লবদা নাকেন্থানা লোইশ্রবদা
তনৌ তনৌ পুম্নুম পুম্নুম
উরক্লে য়েন্নীং হৈপাল উপালদা
চদুম চদুম তনিক তনিক
শাৎচবে হঙ্গাম মপাল হৈনৌ মপাল ।।

নোকমি নোকমি তুমিন তুমিন
য়াওল্লক্লে থবো থম্বাল থাবিকথা
মোমোন মোমোন মোংদ হাদনা
লৈহুম্লক্লে মেলৈ লৈস্না লৈরাংলেন ।।

বসন্তনা লাক্লবদা নাকেন্থানা লোইশ্রবদা
লৈরাংনা লৈনম কোয়না য়েল্লক্লই
খোইমুনা লৈহি চুপলগে থিরকই
পাখঙ লৈশা জুরা জুরা শারকই ।।

*********

# (৪৪)

## বিদায় পীখ্রবী নওবু উরেদো

বিদায় পীখ্রবী নওবু উরেদো
খরাই থোঙ্গাল মপাদা গুসিদি
অমনা শমলদুনা অমনা পোরদুনা
গুসিগী তারমদাই কোরৌগী মঙালদা ॥

তবারবী শাওং-শাবান হোংলম্লে
তনৌরবী মায়থোঙ লৈরমদরে
লৈনমপুবী শমজিরৈ থেৎলমদরে
নাপগী তনীকপী নাইন উদরে ॥

শমজিরৈসু থেৎলো নাইনসু তনিক্লো
মায়থোঙসু অদুঙৈগুম মকা লাম্লো
মরূপ অমগুম য়েংজহৌগে অমুক্তদি
নীংহন্নরবা ঐসে নোক্লগে মিৎকৃপসে ॥

*********

# (৪৫)

## বিদায় পীরেকো লাপ্পা অথাপপদগী

বিদায় পীরেকো লাপ্পা অথাপপদগী
লোইবী চনুরা ওইবী নঙোন্দা
বিদায় বিদায় বিদায় বিদায়
বিদায়গী খোঞ্জেলনা নিঙ্গোকো থম্মোইদা।।

লৈকোল লমদম লৈনুংশি
নীংলুবনু শৈদম্বগী মোংফমনি খল্লসি
চীংশাং নাপোমনা পুক্লীং নৌরিবা
যেংলুবনু থম্মোই কায়ননবনি লৌরসি
বিদায পীবেকো লাপ্পা অথাপপদগী ।।

ননাক্তা লাক্কুনা অমুক্তংদি
চান্নজবম্বী নকাদা নতৌবু য়েংলগা
পুন্সিগী ওইনা থম্মোইগী ওইবা
ৱাহে খবদং হায়জগে খঞ্জরম্বা
বিদায় পীরেকো লাপ্পা অথাপপদগী ।।

*********

# (৪৬)

# বিদায় বিদায় শোঞ্জখি

বিদায় বিদায় শোঞ্জখি
মাগী অবোইবা মিংচী মিংয়েংদা ॥

লমশাংথানা লাকমিন্নরিবনি
হায়জবম্লবদি নঙবু নুংশি
পেঞ্জবমগনি থম্মোইনা হো থম্মোইনা
বিদায় বিদায় শোঞ্জখি
মাগী অবোইবা মিংচী মিংয়েংদা ॥

খুতক তৌবী মিংস্নানি
নোকমিনবী মায়থোঙনি মচু শংবী চীনবাননি
অমুবা শম্বুনি অবংবা য়াতোননি
বিদায বিদায শোঞ্জখি
মাগী অবোইবা মিংচী মিংয়েংদা ॥

অশংবা চবৈফিবু কৃপ্লিবা সারিনি
চল্লম্বা অপাম নুংশিগী পাউখোঙ
হকচাংনা জগোইগুম নোমলদুনা
ফোংঙমদনা মৈহৌই মিংকৃপতো ॥

**********

# (৪৭)

## বিদায় হায়রবরা নঙবু

বিদায় হায়রববা নঙবু মপোকসিমগী
লাকলরোইদরা নঙবু অমুক হননা
ঙাইবক্লিবনি নঙগী চেংলৌ শক্তম্বু
কোবৌ শিংবুম মশিং থিঙমদনা ।।

অবোনবা থম্বিনু অশেংবা খঙহল্লু
কবিগী কপহল্লিনো লাইবক থিবী ঐবু
ওইহনগনু মৈবি মৈশা নঙগী ঝাহৈনো
মৈচাক হাপলনু মৈঝায়বক্লবী থম্মোইদা ।।

শুমশ্রববা মাযা হৈবী অমনা
ঙাওশ্রববা মীনম্বী থম্মোই অমদা
যৌবক্লবোইদবা মোমোন মীনোক পুন্সিদা
লোইববোইদবা মীনুংশি খঙদবী নাকেন্থা ।।

*********

## (৪৮)

## বিদায়গী অরোইবা মিংকুপ্তা

বিদায়গী অরোইবা মিংকুপ্তা শিঙ্খিবা পিরাং
নীঙমদবা নত্তে নঙগী য়াইফনবনি
থারোৌবা নত্তে মঙ্গল পীজবনি
নুংঙাইনা পাল্লু য়াইফনা হিংঙু ॥

নঙগী লংলবা মায়থোঙগী মঙালদা
লেপচবদি ঙমজগে পীনবিয়ু মসিমদি
করিগুম্বদা নঙগী কল্পনা সাগরদা লুপচবা
অরানবনি খনবিনু মীনম্বনি লৌবিনু ॥

পুন্সিগী অরোইবা মিংকুপ লাক্লবদা
অমুক্তংদি উহনবিয়ু নঙগী মায়থোঙ
অদুতবু উজরবদি মহৈ য়াল্লবনি
লাইবকথীবা মপোক অসে ॥

**********

# (৪৯)

## বিদায়গী মতমদা য়েংনখিবা

বিদায়গী মতমদা য়েংনখিবা মিৎয়েংনা
নীংশিং মৈচাক হাপলি
কায়নব্রবা কায়নব্রবী কয়াদা ॥

শিন্থুরিবা পিরাং মিৎলু ঈরা চেন্না
পিরাং নত্তে নীংঙমদ ঈহৌনি
ঈরা নত্তে নীংঙমদ ঈচেলনি॥

মরাল নরাল ইরাল থিনদে অমতা
কায়নব্রবা মতুংসিদদি হো থিনদে
সিনিকো সিনিদা নুংশিবা হো নুংশিবা॥

বিদায় বিদায় লাউরি থম্মোইনুংদা
নীংঙমদ্রবা থম্মোই লিশিং লিশিংনা
ফংলরোইদবা নুংশিববু তেংথাদুনা ॥

*********

# (৫০)

## বিধিনা তম্বীবা মপোক অসিমদি

বিধিনা তম্বীবা মপোক অসিমদি
মৈচাক ওইরনি নঙগী নফমদদি
মৈচাক মৈচাক খাঙভ্রুকো মৈচাক ॥

নিঙোল ওইবী থম্মোইদা তাখিদে
নুংশিবা নঙগী ওইবা নুংশিবা
কখোক্লুরে অমদা নিঙোল পুন্সি ॥

মৈচাক মৈচাক খাঙভ্রুকো মৈচাক
নত্তেনে কায়ন খায়ন মৈচাক নঙগীদি
মৈচাকনি মৈচাক নুংশি মৈচাক
নুংশিরুবে থম্মোই পান্দ্রবী অমবু ॥

শাইওনজগে নীংজ শক্তম ওইনা
নঙগী নীংজ মপোক লাংওন অমদা
ওইনবীয়ু নিঙোল ঐগী ইফমদা
পাখঙ পূক্লীং পেনবীয়ুকো মপোক্নুদা॥

*********

# (৫১)

## মণ্ডলান্দা লাক্লম্বা মোমোন মীনোক্তা

মণ্ডলান্দা লাক্লম্বা মোমোন মীনোক্তা
কায়নপ্রবীনি কাউথোক্লুই চান্নরিবীনি খল্লুই ॥

খণ্ডজেনে মবুংঙোদা লুপচরবী লৈরাংনি
নীংশিংলুরগা মতমদুগী মনীং তমজরিঙৈ
তম্মীংই নীংশিং খূদোল অমদি
কুমওননা লাকপগা বসন্তনা য়ৌরকপগা ॥

তম্নক্কে খূদোল লৌবীয়ু চিংনদনা
পীরক্কে মপাউ মরক মরক্তা
হিংজরি নুংঙাইনা হিংজরি
মহৌশাগুম অদুঙৈ বসন্ত মীনোক্তা ॥

নীংঙমদবা নত্তে মীতাবসু নত্তে
লৈরাংলক্তগী অথোইবী হো লৈরাংলেন
শৈথাবসু নত্তে কায়নবগী মৈচাক
তাকচবনি নিংশিংজরি নুংশিজরি ॥

*********

# (৫২)

# মণিপুর নঙদি ঐগী থব্বায়নি

মণিপুর নঙদি ঐগী থব্বায়নি
মণিপুর নঙবু ঐনা নুংশিজেনে ॥

কোরৌ মঙালনা লেপত্ত্রবসু
লাইজ ঈশিংনা কংত্ত্রবসু
ঐদি লেপখিগনি নতম্পাক্তা মণিপুর নঙগী
য়েংনা য়েংনা মণিপুর নঙবু ॥

মণিপুর নঙনা ব্বাজরি
কোরৌ মঙালনা লেপখিদনবা
লাইজ ঈশিংনা কংখিদনবা
পাঙজগে নতেং মণিপুর নঙগী ॥

ঐনা উরি নঙনা পীরিবা থৌনা
নীংহন্নগনু হায়না থাংলিবা খোঙথাংবু
লাউরি অতৎ অখম লৈতনা
তানখৎলু তানখৎলু মাঙদা উরিবা খূদিংবু ॥

*********

# (৫৩)

## মণিমা নঙবু তাবরা

মণিমা নঙবু তাবরা
পারি মণি থেমলরো
হুম হুম শুন্নরো॥

অহিং নোংয়াই লাল্লক্লে
পারিনা কৌরি নঙবু
ঐনা খুমলি লাক্কনি ॥

তাংনা ফংজবা ইচাসে
অদুঙৈ শকমিন্নখিবা ঈশৈ
ঙসি নাইতোম শকলদুনা
থেমলিনে লাকলো নঙসু লাকলো॥

নাহোং শেগা থোকলদুনা
ইচাবু খূত্তা শিন্নখিবা
নীংশিংলি ঙসিগী অহিংসে ॥

*********

# (৫৪)

# মতম অমগী লৈনুংশি

মতম অমগী লৈনুংশি ঐগী থম্মোই লৈরাংও
লৈরাং নঙবু করমনা শাংলিবগে ॥

লমদম তামনা লৈহৌরবী
মিংয়েং ঝাংমা লানহৌরবী
মতম অমগী লৈনুংশি ঐগী থম্মোই লৈরাংও
লৈরাং নঙবু করমনা শাংলিবগে ॥

লৈখোঙসু শোমবীদরে ঈশিংসু চাইবীদরে
খোইমুসু তানবীদরে নামিবসু কৌবীদরে
মতম অমগী লৈনুংশি ঐগী থম্মোই লৈরাংও
লৈরাং নঙবু করমনা শাংলিবগে ॥

পুন্সি পামেল ওইঙমদরে
পুন্সি থৌদাংনা লুমখরে
থবায়না ঈরৈবাককী লৈপচরগা
লেপ্লেদো পুন্সিসু অসুমনা ॥

*********

# (৫৫)

## মতৎ মতৎ কয়াথোক্লা শেগায়বিরম্লে

মতৎ মতৎ কয়াথোক্লা শেগায়বিরম্লে
ঐগী লৈকোল লৈরাংসে ওম্থোকইদা
পাঙ্গল শোনবীনি কাউরবরা
ম্রাকৎ হৈতবীনি খন্দবরা ??

করম্বা থম্মোইগী নিঙাইনো ?
খোয়দাবা কনাগী নীংঙমদ পাউজেলনো
করিগী থোৎলবী লৈনাদা তায়নরিবা
লাইবক থীবী নঙদি লোইরেদো ॥

হো লৈকোল শঙবা খোইরাবা
করিগী তুমিন য়েংদুনা লৈহৌবনো ?
হো লাইবকথীবী লৈকৎখিদ্রিবী লৈরাংও !
চৎলোকো কায়নরসি নঙগা ঐগা ॥

লমলানবা কনাগী কল্লক মিৎয়েংদা
লৈরাং লৈমন চনবনো
মালংবনা হুমলি লৈনাশিংদা
অরোইবা ওইনা বিদায় পীররি ॥

*********

# (৫৬)

# মপোক লাংওন খুদিংদা

মপোক লাংওন খুদিংদা
মাঞ্জ নকাদা ওইনজগে ।।

মপোক চৎলিবা অসিদি
কায়ন খায়ন লেল্লনি
মীনোক মীচৈ খাঙলনি
মীৱা মীশা মরক্তা ।।

মৈচাক খাঙবদা ৱারে
করম্না খাঙলি নঙদি
পোৎলুম পুবদা ৱারে
করম্না পুরি নঙদি ।।

সিনিকো মৈচাক ! সিনিদা মৈচাক
নঙগী ঐগী মরক্তা লৈরিবা
হুন্দোক্কে য়াদে খল্লোই ঙমদে
চৎসি পুদুনা চৎলি মপোক অসিদি ।।

*********

# (৫৭)

## মবুংঙো লৈরি কাউরবরা ঐগীসু

মবুংঙো লৈরি কাউরবরা ঐগীসু
করিগী লাক্লি তুমিন তুমিন
করিগী য়েংলি মূনা মূনা
মবুংঙোনা খঙখিনি লাক্লনু ॥

নুংশিবা হেনমল্লি পাম্মুবা খনবনমল্লি
নীংশিংদবরা নঙগী ওইদ্রবা ঐনি
নীংশিংবা পামদ্রবীনি লাক্লনু
মবুংঙো লৈরি কাউরবরা ঐগীসু ॥

শাইনোন শল্লাং শউম্মা হাইরিঙৈ
নুজাগী নাপ লৈরাংনা নীংতমজরিঙৈ
অদুঙৈগী লমলানবীদু নত্তে লাক্লনু
মবুংঙো লৈরি কাউরবরা ঐগীসু ॥

তোল্লবী ননাইনা খঙজেনে
ঐগী ইবুংঙো ঐগী ঈশ্বরনি
ঐগী নুংশিবা ঐগী লেংদ্রবনি ॥

*********

# (৫৮)

# মমলি ঐগী তাইবং

মমলি ঐগী তাইবং মমদুনা লৈরি ।।

অহিংসিগী অমম্বতনা অমম্বা নগে
মমলি ঐগী তাইবং মমদুনা লৈরি ।।

অমম্বসি কোক্লবা অঙানবদু য়ৌরক্লবা
কথোকচেনেঁ ঐনা ঐগী পুন্সি
ফোংদোকখিব্রবা নুংশিববু শীরদুনা
শকখঙলবী কনাগী মফমদা ।।

লৌবীগদবনা লৌবীদে উবীগদবনা উবীদে
কনাবু খারৌনি কনাদা হায়জনি
অহিংসিগী অমম্বতনা অমম্বা নগে
মমলি ঐগী তাইবং মমদুনা লৈরি ।।

শকলিবা ঈশৈ তারি মঙলানগুম
য়ৌরকপদি লৈতে থম্মোই তাবুনুংদা
য়েংবদি য়েংলুই সুরগী মায়কৈদা
য়ৌরকপদি লৈতে থম্মোই তাবুনুংদা ।।

**********

(৫৯)

## মরুভুমি নঙ নোকউ

মরুভুমি নঙ নোকউ
ঐসু নতুং ইনগে ॥

নঙগী মীনোক্না পুবিখি ঐবু
মহাভারতকী লাঞ্জাও মরক্তা
ভাগ্য বিধাতানা লেপশীদ্রবা
দাতা কর্ণবু নীংশিংহল্লে ॥

চয়েৎনরবা পুন্সি যৌদাংলক্তা
কোল্লবা পুংজা অমত্তং থিসি
লমজিংবিয়্যু চৎলিবা মখোয়সে
মিং পাঙনা পাঙনা উদ্রবশিংসে ॥

মায়া মরিচিকানা নঙগী ভাগ্য বিধাতানি
মরুদ্যাননা নঙগী পুরুস্বাথনি
মায়থীরবা লাম্মী অমগুম্বী
কনানসু নঙবু শক শোনবিদ্রে ॥

*********

## (৬০)

## মরুভুমি নঙগা করি খেন্নরি ঐগা

মরুভুমি নঙগা করি খেন্নরি ঐগা
নঙনা পাক্লবা শারবা লৈঙোইলমনি
ঐহাক্না পম্বুং লৈত্রবা খোঙচৎনি ॥

ঝাবনা খমথেংলবা যাত্রিক কয়াগী
পোত্থাফম পীবিরিবা মরুধ্যানসে
হে মরুভুমি নঙগী খূদোলনি ॥

থম্মোইদা লৈরমই মতম অমদা
মেংলবা নুংশিবা সুরনা থল্লবা
মরুভুমি নঙগী মরুধ্যান অমা
পোত্থাফম পীবিরিবা মৈচাক্লবা থম্মোইবু ॥

থম্মোইগী মরুধ্যাননা মাঙখ্রবদা
নীংজগনি নীংজমন ফংদ্রবসু
উহনবীরনু কাম্লনখ্রবা নুংশিবা
কুমজা কুমওন খূৎথেক খূদিংদা ॥

*********

# (৬১)

## মসিবু নুংশিবা কৌবরা

মসিবু নুংশিবা কৌবরা
খন্না খন্না লেল্লিবা অহিংসে
পিরাং লেপপা লৈতনা শিন্থরদুনা
করিনো খল্লিবা নীংশিংবা থোক্তনা ।।

নঙনা কনানো ঐনা কনানো
ঐনা কপ্লি নঙসু কপলমগনি
ঐনা উরি নঙনা কপলিবা
নঙসু উরমগনি ঐনা কপলিবা ।।

পুন্সি! নহাক্তি অহিংবা থৱায়নি
পুন্সি! নহাক্তি অশেংবা নুংশিবনি
পুন্সি! নহাক অমর ওইয়ুকো
ঐগী নঙগী মাগী লোয়নগী ওইনা ।।

*********

# (৬২)

# মহৌশা কৌবী নওগী খূদোল

মহৌশা কৌবী নওগী খূদোল
পায়ম-পূক্লীং হুনা ফজৈদা
মহৌশা কৌবী নওগী ফিজোল
থম্মোই খোয়দানা নিংথিজৈদা ॥

তথক তনিকনা উরিবী ঈমায় চোল্লবা ঈপাক্কা
ইংনা লৈতানা লেপচবা নাপোমনা থল্লবা চীংশাংগা
চাংদম্লরি অনিগী খূদোল অমনা অমদা ॥

করি তৌরি খঙদবী ঈপাক ঈয়ায় তথকপী
করম তৌই খঙদবা অহাংবা অতিয়া অব্রাংবা
মিংচানরি য়েংনরগা অমনা অমবু ॥

*********

# (৬৩)

# মাগী মায়থোঙ উদনা

(পূন্না শকমিন্নবা)

মাগী মায়থোঙ উদনা
পুন্সি লিশাং থারেদা
কুমজা কুমওন য়ামলেদা
কায়নখিবনা অমনি নীংশিংলকপনা অমনি ।।
কাউরমলনি অদুঙৈগী নঙদি ঐবু
পুন্সি লিশাং থারেদা
কুমজা কুমওন য়ামলেদা
কায়নখিবনা অমনি নীংশিংলকপনা অমনি ।।
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই
লমলানবীনি হায়রগে উজনীংলবসু
ইফমদা লোম্থোক্তবী ওইরবী
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই ।।
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই
করিগীনো সিবু নুংশিবনি হায়বরা
করিগী মনাক্তা চৎলুদে
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই ।।
(পূন্না) কায়নবদি ঋাখি ঋাবদৈ নীংশিংখি
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই ।।
কায়নবদি ঋাখি ঋাবদৈ নীংশিংখি
মরক মরক্তদি পূক্নীংদা ফাউই ।।

**********

# (৬৪)

## মাঙখিনুকো মাঙখিনু হে লাংওল্লবী

মাঙখিনুকো মাঙখিনু হে লাংওল্লবী
ঐগী নুংশি কল্পনা ঈপাক্তগী
মপোক লাংওন অদৃ য়ৌরক্লে
মপোক মহৈ য়াল্লবনি য়াল্লবা ॥

নুংশিনা য়েংলকউ মোমোন মীনোক্লনা
ঈথক ঈপোম মরক্তা নুংশিবা সাগরগী
তোবর্বানদা ফল্লদুনা য়েংলিবনি ঐসু
নুংশিরবা মতৌ নঙগী অদুগৈগী ॥

শকলকউ ঈশৈ মিরবা সুরদা
শংবান্নবা অতিয়াগী তারমদাই কোরৌগী
মচু মচুগী অপাইবা লৈচিলবু য়েংদুনা
নিকহল্লু থম্মোই ঈশৈগী ঈপোম্মা ॥

*********

## (৬৫)

# মাঞ্জ কনাদা ঙাওবনো

মাঞ্জ কনাদা ঙাওবনো ॥
পুন্সি ঈচেল অমদা
নীংশিং ব্রাখল মরুমদা
লোন্না থুপনা শাৎলিবী
লৈকোল লৈরাং অথোইবী নঙবুও
মাঞ্জ কনাদা ঙাওবনো ॥

নুংশি লমদম মিৎয়েং থমদুনা
নুরা মিৎস্না তনৌ তইংনা
মোংদা-হাদা মতৌদা
খোঙথাং তপনা থাংলিবী নঙবুও
মাঞ্জ কনাদা ঙাওবনো ॥

মিৎয়েং অমদা তাউরবী
পৃক্লীং অমদা লুপলবী
তুমিন তুমিন নোকমিননা
নুংশিবা মতৌ উৎলিবী নঙবুও
মাঞ্জ কনাদা ঙাওবনো ॥

*********

## (৬৬)

# মানা নুংশিখি ঐবু

মানা নুংশিখি ঐবু
ঐনা নুংশিখি নঙবু
নঙনা ওইখি লোম্বোক্তবী ॥

লোম্বোক্তবী লাইথীনা
মীগী থম্মোই খঙলম্লে
থম্মোই খঙনা কায়নখ্রবী
শকউকো নঙগী কায়ন-ঈশৈ ॥

নঙগী নুংশিবদা লুপলিঙৈ
মাগী থম্মোই খঙবিদে
কনানা করিগী করিবু কনানা
করি তৌনখিবা অমতা খঙহৌদে ॥

কখোকপনা মপুং ওইরবী মানা
য়াশক পরৈ থমখিবরা ঐগীদমক
লুপখি ঐদি নঙগী নুংশিবদা ॥

**********

# (৬৭)

## মায় মায় হায়গে ঙমদে

মায় মায় হায়গে ঙমদে ।।

হুরানবীনি নঙ হুরানবীনি
নঙগী মীনোক্লা হুরি থম্মোই অমা
নঙগী মিংচীনা পুরি মায়থোঙ অমা
মায় মায় হায়গে ঙমদে ।।

নাশোন নাশোন য়ৌরকই ইনাক্তা
হুখি হেক্তা ঐগী থম্মোই
তুমিন তুমিন লাকই ইনাক্তা
পুখি হেক্তা ঐগী মায়থোঙ ।।

ফোংনা লাক্লে ফোংনা পুখি
লোন্না লাকলে লোন্না হুখি
মায় মায় হায়গে ঙমদে
হুরানবীনি নঙ হুরানবীনি ।।

**********

## (৬৮)

## মিতাজবা নত্তে নুংশিজবনি নঙবু

মিতাজবা নত্তে নুংশিজবনি নঙবু
লৈকাদি শোকলোই ফংজগে লৈনমদি
মীনম্বা ওইরমনি নীংলমগনি নঙনদি
ঐগী মঙাওথীবা মতৌসিদা ॥

তত্তনা ওইনজবা নতুং ইন্নদুনা
করিগী খঙবীদে নঙগী থম্মোইনা
নুংশিবীদে তাকপরা ইতাৎনি খনলিবরা
নতৌদুনা উইহনলিনে ইফমদা থাজদবা॥

নশুংলাংগীনি খন্না ঙাওজবনি নকাদা
নুংশিবী নহাকনা য়াদ্রবদি অরেমবনি
চন্নফম লৈত্রবা হায়বদু ওইরনি
লৈরাংগুম শাৎহন্নীংই থম্মোই লৈকোলদা ॥

*********

# (৬৯)

## মিৎকপ থোক্লসি ঐখোয়

মিৎকপ থোক্লসি ঐখোয়
অশেংবা অচুম্বা থিরসি
থব্বায় থাবা পাম্মুরগুমসি
ইরৈবাক্কীদমক্তা ইজাতিগীদমক্তা ॥

ইরৈবাক্কী শক্তম ঙাক্লবা
অপুনবা অমত্তগী খোল্লাউনা
লাউরসি ঐখোয় অমত্তা ওইনা
"মহেল্লে ঐখোয় পোকপী ইমানা" ॥

খোঙ্গুল লীরুরসি মখোয়গী
তেমশিংনখিবা য়েক্লবা কয়া
ঐখোয় পোকপী ইমাগী
নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা ॥

*********

# (৭০)

# মিৎচানজরগা নঙগা

(পূন্না শকমিন্নবা)

মিৎচানজরগা নঙগা তোয়না তোয়না
খৃৎশম্নজরগা নঙগা পুন্সি চুপপা
নুংঙাইজগনি খল্লুবা করিনুংগীনো ॥
মিৎচানজরগা নঙগা তোয়না তোয়না
খৃৎশম্নজরগা নঙগা পুন্সি চুপপা
নুংঙাইজগনি খল্লুবা করিনুংগীনো ॥
সিদা লাও সিমা তৌরকউ
মিৎকুপ খৃদিং মিৎয়েং খৃদিং
করি নিপানো ঙাওবু ঙাওবরা ॥
ঐগী থব্রায়গী মবেম্মা
শাউখিনু নঙবু ব্বাসিদি তাখো ॥
খঙজরে খঙজরে পূকফবও
ইতু কেল্লে ইনম পোল্লে
থব্রায়গা হকচাংগা তোঙান তাদৌরে
হো থব্রায়গী মবুংঙো ॥
(পূন্না) মিৎচানজরগা নঙগা তোয়না তোয়না
খৃৎশম্নজরগা নঙগা পুন্সি চুপপা
নুংঙাইজগনি খল্লুবা করিনুংগীনো ॥

**********

# (৭১)

# মিৎলুগী পিরাং কংখিদ্রবী

মিৎলুগী পিরাং কংখিদ্রবী
মোমোন মীনোক্তনা লেল্লুকো
লাক্লিবা নঙগী পুন্সিদা ॥

ব্রাবৌবা লৈতে নঙোন্দা
নীংঙমদবা থমদে পুন্সিদা
বিধিনা অসুম্না তম্লম্লবদা ॥

নুংশিদনা নুংশি শাশিন্নবা
মাল্লমগনি মতৌসিনা ঐগী
নঙ্ভেকো মীঙমজদবা ঐনি ॥

হবাউনা কৌনসি থেংনবা থোক্লবা
শিন্থবক্কনু পিরাং নঙগী মিৎস্নাদা
য়েংজবা ঙম্লরোই মহৌশাগুম ॥

*********

# (৭২)

## মিংলুগী পিরাং শিন্থবা ওইরসনু

মিংলুগী পিরাং শিন্থবা ওইরসনু
লেপপা লৈতনা পুন্সিনা হিংলি'মখৈ ॥

মপোক্না লাইবক থীরকপরা
বিধিনা করম তম্নম্বনো
নীংঙ্জ পন্থুংদি লাপ্না তাম্না
ঐগী মিংয়েং লান্না লৈরে ॥

তৎলবা অঙৌবা লৈপরেংগী
অচাইবা লৈনাশিং খোমজিঞ্জর
অমুক হন্না পরেং লেংলুবা
ঐগী অরানবা রাখল তারে ॥

হৌখিবা পুন্সিনা করি ওইখিবা
করিসু নীংশিংবা পামদ্রবীনি
লাক্লিবা পুন্সিনা করি ওইদৌবা
করিসু খন্থবা ঙমদ্রবীনি ॥

*********

# (৭৩)

# মিৎলুগী পিরাংনা লৈতেংখি

মিৎলুগী পিরাংনা লৈতেংখি
বিদায় কৌবা খোঞ্জেলসে
থম্মোইদা পাউজেল লাকখি
অহাংবা মালংদৈ বিদায় বিদায় ।।

তাখিদেকো থম্মোইদা মখিসে
করিগুম্বদা নুংশিবা কৌবা শক্তমগী
য়ৌরক্তেকো থম্মোইদা তাঙ্গোইসে
করিগুম্বদা নুংশিবা কৌবা মৈচাক্কী ।।

লোন্না লোন্না হুরান হুরান য়েংলুবা
মঙলান ওইরনিদো মিৎ অনিনা মিৎচানখিবা
নুংশি হায়দি হায়ঙমদ ওইনজখিবা
অরোইবা ওইরনিদো ঙসি কৌবা নুমিৎসিনা।।

**********

# (৭৪)

# মীওইবা

মীওইবা হে মীওইবা মীওইবা ॥
শকচু মান্নদবা জাৎ বিজাৎ তিন্নদবা
হে মীওইবা হে মীওইবা মীওইবা ॥

অঙৌবনা ফজবা ওইরবা
অকনবনা অচুম্বা শকলবা
হে মীওইবা হে মীওইবা মীওইবা॥

উরক্রে মিত্রংগী মায়খুম উপতুনা
অনৌবা তাৎ রাহে কয়া নিতি নিতি
ধর্ম্মনিতি, অর্থনিতি, রাজনিতি
ঙম্লমক মীনম্বনি মীনম্বে মচুনি ॥

তাবীদরে খোল্লাউ কনানসু
হিংনীংলিবা হিংফম লৈত্রবা মখোয়গী
চুরক্লো ঈগী নোং শিংলরো মৈগী নুংশিং
মৃৎখরো হে মীতম্বাল হে তাইবংপাল ॥

**********

# (৭৫)

# মীনম্বী থম্বালনি

মীনম্বী থম্বালনি
লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে মীনম্বী থম্বালনি ॥

নোংমা নিংথিরবা নুমিৎ অমদা
মালংবনা লিরি লিরি হুমলিঙৈ
তাংজবীনা লাইজ ঈশিং থিজরকপনি
কনাগী মফমদা তাংজগে খন্না পুন্সিগী ॥

উহৌই পাইরিবা অমংবা নোংনা
লাইজ ঈশিং থিরিবা তাংজবীবু
করম্বা থম্মোইগী নিঙাইনো খঙদে
অমংবা নোংনা অমুবা লৈচিল ওনখিবা ॥

শকলোংলবী ঐগী পূক্লীংনা লেপচববু
য়াথং ওইনা লৌজরগা থম্মোইনা
হায়জরি নঙোন্দা অমংবা নোংবুও
লাইজথক্কী থম্বাল নত্তে মীনম্বী থম্বালনি ॥

**********

## (৭৬)

# মীনোকপুবী নঙগী মায়থোঙদা

মীনোকপুবী নঙগী মায়থোঙদা
শিষ্বরিবা মিংল্লূ পিরাং তনিকপীসে
কাউবা কৌবা লৈররোই
পাখণ্ড পুন্সি ঐগী লৈরিবমখে ॥

নুংশিরবা সূরনা ওইনজে থম্মোইদা
য়াকায়রক্লবা তুমখ্রবা নঙগী থম্মোইবু
কংখিদুনা মিংলু পিরাং মায়থোঙদৈ
নোকহন্নবা পাখণ্ডবু অদুগৈগী মীনোক্তা ॥

তাউথরোনে নঙবু তাউথরগে ঐসু
বসন্তগী ঈথক ঈপোম মরক্তা
য়ৌরক্লোনে নুংশিবা সূরগী ঈপোম
শক্লগে ঈশৈ হৌদোক্লবা নঙগী থম্মোইবু ॥

**********

# (৭৭)

# মীয়ামসিগী মরক্তা

(পূন্না শকমিন্নবা)

মীয়ামসিগী মরক্তা
থম্মোই অহুম চীংনরি ॥
কনানা তনৌবী মায়থোঙবু
তনৌবী মায়থোঙনা নঙবু
হে নঙ হে নঙ ॥
উগন্দবা খঙগন্দবা থম্মোই নঙগী
করি থম্মোই কৌবনো ॥
কনাগী মিৎশ্লানা য়েংজরি
তনৌবী মায়থোঙ অমদা
তনৌবী মায়থোঙনা য়েংজরি
নঙোন্দা নঙোন্দা নঙোন্দা
হে নঙ হে নঙ ॥
কনানো অমনা হংলি
নঙবু কনানো নঙবু কনানো ॥
মিৎলু পিরাং শিন্থরি
তনৌবী মিৎশ্লা অমনা
ঙক্লা য়েংলি নঙোন্দসু তনৌবীদসু
কনানো অমনা নীংঙমদ মমি তারি ॥

*********

# (৭৮)

# মেরাগী থাবল নুংশিবী

মেরাগী থাবল নুংশিবী
লৈচিল থাংদ ঙাল্লিবী ॥

নোংমদোনথক্তা নাইতোম কেজবী
মালেম লৈমায়দা শান্তি পীরিবী
থাজ নঙগী নশেক নঙাললনা
পুখরে ঐগী থম্মোইসে হরদুনা ॥

ঙৌরুনবা অতিয়া মকোয়দা
মেরা থাজ নঙবু থৌগল্লিবা
থবান লিশিংনা কুফেং কাফেং ঙানবদি
পুখরে ঐগী থম্মোইসে হরদুনা ॥

অহিং তাংলৌ অখেঙবদা
মেরাগী থাবলবু য়েংলগা
নামি-নুংশিংনা লিরি লিরি হুম্বদি
ইনৌ নৌখরে ঐগী পুক্নীংসে ॥

**********

# (৭৯)

# মেরাগী পুর্ণিমা পুর্ণিমাগী মেরা

মেরাগী পুর্ণিমা পুর্ণিমাগী মেরা ।।

মেরাগী মঙানি থাজনা লেঙদনা লৈরি
শাবী শানৌ অনিগী হায়নখিবা
পুন্সি লৈপুন মেরা পুর্ণিমা নুমিত্তা
হো মেরাগী পুর্ণিমা পুর্ণিমাগী মেরা ।।

ঈথক হৌরবা থাবলগী মঙালদা
ঙাইনগনি অমনা অমবু হরাউনা
থাজ থব্রানশিংনা শাখি ওইরদুনা
শোয়ররোই শেমগনি পুন্সি লৈপুন ।।

চান্নবা নুংশিনবা পূন্না লাকখি
ঙসিগী মঙানি থাজগী থাবলদা
নিংখিরবা শাবী শানৌ অনিসে
হো মেরাগী পুর্ণিমা পুর্ণিমাগী মেরা ।।

**********

# (৮০)

# মৈচাক কোল্লরোই মৈচাক

মৈচাক কোল্লরোই মৈচাক ॥

নুংশিবা অমগী মৈচাক
নুংশিবা তরানা কোল্লরোই
ফজবা অমগী অপাম্বা
ফজবা তরানা পীররোই ॥

নুংশিবদা লুপচবা ফজবদা ঙাওজবা
মান্নদে অমগা অমগা নঙগা ঐগা
ফংগনি খঙঙু নঙসু মাসু নোংমদি
তাউগনি শোয়দনা মঙলানগী জগৎতা॥

মহৌশাগী খুৎশেম খুৎশেমসিগী নিংথীবা
অনিনা শুমজি থব্বায় হকচাং
উগনি য়েংঙু লুপকনি শোয়দনা
ঈপাকসিদা নোংমদি শোয়দনা ঈপাকসিদা॥

**********

# (৮১)

## মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা

মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা ঐসু অমা ওইরুই ॥
মেরা থাশিগী নুমিদাংদা
দিপানিতাগী লংলবা মৈঙালদা
শকফম হোংনা কেনা চৎলিবী
মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা ঐসু অমা ওইরুই ॥

হৈনীংদে হায়খিনি হৈনীংবা শাদুনা
কুমওন য়াওশঙ থাবল খোঞ্জেলদা
থাবল ফিজোল শেৎনা লৈতেংলবী
মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা ঐসু অমা ওইরুই ॥

মায়থোঙ ফিজোলগী ফজবদা ঙাওরবী
ঙসিনা করি শেৎপা হয়েংনা করি ইনবা
শোয়রবা খোঙথাং অমদা তুংইল্লবী
মোমোন্নবী মায়থোঙ মরক্তা ঐসু অমা ওইরুই ॥

*********

## (৮২)

# লক্কবীরনু ঐবু নঙনা অসুম্না

লক্কবীরনু ঐবু নঙনা অসুম্না
কনমল্লি হায়দে নঙগী থম্মোই ॥

করিগীদি হাপপীরি লেপত্রবা ঈচেল্লদা
লাঈজ ঈনোৎ নুংশিবা ইহমগী
লক্কবীরনু ঐবু নঙনা অসুম্না
কনমল্লি হায়দে নঙগী থম্মোই ॥

হায়জরুবা নীংজরুবনি থঞ্জ
ওইনজরুবা থম্মোই পানবীনি নীংঙ্গে
চৈবীরকপা নুংশি মতৌনি উৎপীরে
কনমল্লি হায়দে নঙগী থম্মোই ॥

ফজবা শক্লোনগী মায়াদা লুপলি
নুংশিবা ঈশৈগী সুরদা তাউরি
কখেল্লগে নীংনা নকাদা কৎলি
লুপলগে থন্না নকাদা চংজরি ॥

**********

# (৮৩)

# লমতা থানা ইরাং মথোই কাহল্লি

লমতা থানা ইরাং মথোই কাহল্লি
শাবী শানৌ অনিবু ॥

লাক্কনি লমতা পুর্ণিমা
লাক্কনি কুমওনগী য়াউশঙ
অঙৌবা লৈচিল থাবগুম
চোঙলনি থাবল্লক্তা থাবল ॥

শাবীগী ওইদা শানৌনা শন্বা থা
শানৌগী য়েত্তা শাবীনা শন্বা থা
শন্নাংলক্তগী চেম্থরক্লিবা হুমাং মরিক
তৈথোকপিরনি অমনা অমগী ॥

নুরাই শন্নাং মনমগা
শমজি লৈরাং লৈনমগা
অমত্তা ওইনা লাক্লিবা হে থাবল
কুমওন খুদিং য়ৌরকউ
নুংশিবা ঈচেল পুদুনা ॥

**********

## (৮৪)

## লৎনদনা লৌবীয়ু থব্বায়মক্লি নীংবীয়ু

লৎনদনা লৌবীয়ু থব্বায়মক্লি নীংবীয়ু
অরোইবা ওইনা তমজরিবা খূদোলসে
শিন্থরক্লিবা মিৎলু পিরাংগা লোয়ননা
লৎনদনা লৌবীয়ু থব্বায়মক্লি নীংবীয়ু ॥

লাকখনি কুমওন খূদিং নুমিৎসে
ঙাল্লখিনি পুর্ণিমাগী থাবল মহৌশাগুম
শাৎলখিনি থাবলদা খোয়দাজবী থরো
নীংশিংনসিকো হৌত্রবা ব্বারীশিং নঙ ঐগী ॥

লানখিদবনিকো ঙাকপীয়ুদি হায়ররোই
ইরাল নরাল কাউনরসিকো
বিধিনা তমদে লাইবকনা য়াদে
অমত্তা ওইবা পন্থুং নঙ ঐগী
ইরাল নরাল কাউনরসিকো ॥

*********

# (৮৫)

# লাইজ ওইনা তিল্লরো

(পূন্না শকমিন্নবা)

লাইজ ওইনা তিল্লরো
ঐগী পুন্সি ঈচেলদা॥
মঙাল ওইনা য়োমশিনবিররো
ঐগী পুন্সি ঈচেলদা
লাইজনুংদা তারিবা থাজনি ঐদি ॥
মঙালদুনা ঐনি
মঙালদুবু পিরিবা থাজদুনা নঙনি ॥
নঙ ঐ অমত্তনি
কায়নবা য়ারোই থানবা য়ারোই ॥
থাবল ওইনা ঙাল্লরো
ঐগী থম্মোই লকানুংদা
লাইজথক্কী থম্বালও হো থম্বাল ও !
থাজগী মঙালদা ঙাওজরিবী ॥
অহিংগী খোইমু !
তুমিন তুমিন ঙংলরো
থরো থম্বাল ওইনা শাৎচগে !!
খুৎলাম তোয়না কৌরকউ
মাঙবু থাগে হায়রকউ
পুন্সি ঈচেল ঈপাকসিদা ॥

*********

(৮৬)

## লাইবক থীবীনি হায়রমগে নুজাও

লাইবক থীবীনি হায়রমগে নুজাও
মপোক কুমজা লাংওনসিমদি ॥

পলেম পম্হৌ য়াইফকোনদা
নুজা মপোক পল্লোমগে য়াদে
লাইবক থীবীনি হায়রমগে নুজাও
মপোক কুমজা লাংওনসিমদি ॥

যৌবন পুন্সি চায়থরক্লবা মতম
নুংশিনা বিদায় পীরম্লবী নুজাও
পাইম পূক্লীং লাংলনি পুন্সিগী
থম্মোই খূদুম চল্লুকো নুজাও॥

নোক্লচাউবা খুন্নাইনি ঐখোয়গী
মিৎলু পিরাং শিন্থবা লেপলরোই
নুজা মায়থোঙ হঙ্গৎপা ঙম্লরোই
মীনোক চাউরনি মীশা লাংলনি ॥

*********

# (৮৭)

## লাউ লাউ শেন্নসি লাউ

(পূন্না শকমিন্নবা)

লাউ লাউ শেন্নসি লাউ
নঙ ঐগী পুন্সি লৈপুন ।।
থবায়না পোম্থা ওইদুনা
পুক্কীংনা পল্লেপফম থিরগা
কখোক্লবনি নুংশিবা নকাদা
তোল্লবী ঐগী পুন্সি ।।
থম্মোইনা থম্মোইবু কৌরি
পুক্কীংনা পুক্কীংবু পাল্লি
থম্মোইনুংদা লোন্না থমগনি
নুংশিবী নঙগী শক্তম ।।
নুংশি ইরমদমদা নুংশিবনা শেম্বা
নুংশিগী মন্দির শাগনি
মন্দিরদুদা নঙ ঐতা
লোন্না থুপ্না লৈগনি ।।
নুংশিগী মন্দিরদা নুংশিবী নঙবু
নুংশিদা নুংশিগুম থমগনি
নুংশিবা সুরনা থল্লবা
নুংশি ঈশৈ শক্কনি ।।
নঙগী নুংশি ঈশৈদা
নুংশি ৱারী য়াওগনি
নুংশিগী মন্দিরদা নুংশিবা নঙবু
নুংশিদা নুংশিগুম থমগনি ।।

*********

## (৮৮)

# লাউ লাউ য়েংলুলাউ

লাউ লাউ য়েংলুলাউ
পারি থাদোই অনিগী জগোই ।।

পারিগী তাম্থাবু থাদোইনা ওক্ল
থাদোইগী তাম্থাবু পারিনা ওক্ল
পারি থাদোই অনিনা
নোম্না নোম্না শাবা জগোই ।।

ওইগী খোঙনা তাম্থাবু লৌব
যেৎকী খোঙনা তাম্থাবু শম্ল
পাবি থাদোই অনিনা
থেক্ল থেক্ল শাবা জগোই ।।

অনৌবা তাম্থা লাকপদা
জগোই খৃৎথেক হোংনা
পারি থাদোই অনিনা
লৈনা লৈনা শাবা জগোই ।।

**********

# (৮৯)

## লাকঅনু উরিরৈ

লাকঅনু উরিরৈ হায়রক্কনু য়েৎচগে
য়েৎখরে অমনা মতোন লোম্না
শোক্লগে খল্লুরনু লাপথোকখিনি ।।

তাংজবীনি হায় তাংজফম থীরিবরা
ফংলরোই তাংজফম তাংজনীংলবসু
শিন্থরনিদো পিরাংদি ঐগী ব্রাহৈসিনা।।

করিগুম্বদা খনবদি খল্লি ঙম্বদি ঙমদে
নুংশিবা অমনা পুনশ্রবা পুন্সিনি ঐসে
নুংশিয়ে হায়গে ঙম্নরোই নঙোন্দা ।।

নীংঙমদবা তৌগনু লৌবীদে খনগনু
ওইখিবনি তিন্নররোইদবা ব্রাংম ব্রাংম
পুরদুনা লানবা ঙম্নরোইদবা ঈচেল অমা।।

**********

# (৯০)

## লাকখো অমুক্তদি হল্লকখো

লাকখো অমুক্তদি হল্লকখো
লেপনাইদনা চংশ্রবী নগুবুও ॥

লৈচিল চুমথাং মরক্তা
শজিক থবা খুংশল্লনা
নিংথৌ তুরেল লান্দুনা
লেপনাইদনা চংশ্রবী নগুবুও ॥

অশি খোঙ্গাল তমদুনা
চিঁতাগী অমুবা মৈখুলক্তা
লৈগী দোলাই তোংদুনা
লেপনাইদনা চংশ্রবী নগুবুও ॥

নগুং নমান্নবী হৌরমদনা
নদোম তুমিন কনাবু তাক্রমদনা
নোংথাংগী মগুালদা নীংঙাইদনা
অরোইবা খোঙথাংগা লোয়ননা
লেপনাইদনা চংশ্রবী নগুবুও ॥

**********

# (৯১)

## লাকলগনু মেরা থা মেরা পুর্ণিমা

লাকলগনু মেরা থা মেরা পুর্ণিমা
উহল্লগনু নওগী নশেক নওাল ॥

লক্লরগনু ঐবু তোয়না তোয়না
লোংখরো হে মেরা পুর্ণিমা লৈচিল্লক্তা
মীনোক চওলবীনি মীশা লাংলবীনি
লাকপীদে করিগী হে থরায়গী লৈলাংবা ॥

থাবলনা পৃক্লীং হুনা থোক্লিবা
ইংলবি মেরা পুর্ণিমা থাজবু
কয়াদা খোয়দানা য়েংজখিবা
লৈলাংবা নওবু থম্মোইদা লাচ্চরগা ॥

মায়হিং কারবীনি মায়থোঙ শামলবীনি
থম্মোইবু পুনজবা ঙমজদ্রবীনি
মীনোক চওলবীনি মীশা লাংলবীনি
লাকপীদে করিগী হে থরায়গী লৈলাংবা ॥

*********

# (৯২)

## লাক্লরোই কল্লক্লবা মতমদো

লাক্লরোই কল্লক্লবা মতমদো ॥

অঙাং নাৱাগী পুন্সি ওইরিঙৈ
মরূপ মপীজা কয়া কয়াগা
হৱাউ তয়াম তয়াম শান্নখিবা
পেনবা কৌবা লৈখিদেদো ॥

চৈরাউবা চীংকাবা কালেল ছুটি ঈরুপপী
রথযাত্রা ক্বেচী লুম্বা দুর্গা পুজা বোম্বুলা থাবা
কৃষ্ণ জন্ম নোংমৈ কাপপা য়াওশং অবের তৈবা
জুরা জুরা লাকখিবা কল্লকইদা কল্লকই ॥

পুপুগী তুমথেম ৱারী নুংঙাইবনিদা
মনীং লৌবুককী উতোংচাক হাওবনিদা
বোবোককী কৈথেল ঙামোক ফবনিদা
য়াম্মিগা য়ামদেগা খৎনরিপোৎনিদা ॥

**********

# (৯৩)

# লাকলো অমুক্তদি

লাকলো অমুক্তদি থব্বায় ওইবী নঙবুও ।।

কৌজবা নঙবু লেপপা লৈতনা
করিগী লাকপীদে ইনাক্তা নুংশিবী
লাকলো অমুক্তদি থব্বায় ওইবী নঙবুও ।।

ঙসিদি কোয়রুসিনে আশাগী হিনাউদা
মচু মচুগী অতিয়াগী মরোল মরোলদা
লাকলো অমুক্তদি থব্বায় ওইবী নঙবুও ।।

মসিরা নুংশিবা পম্বুং য়ৌঙমদ্রবা
চৎমিন্নসি চান্নবী ঐসু লাক্কে
নঙনা পামজবা শান্তি লৈকোলদা
নঙগী খম্নুং শাব্বা লৈবাক্তুদা ।।

নদোম তুমিন কনা খঙহন্দনা
নতারোই নমান্নবী কনা লোয়নদনা
নোংথাংগী মঙালদা লৈচিলগী দোলাইদা
চিন্তাগী অমুবা মৈখুলক্তা চৎলিবী ।।

*********

# (১৪)

## লাঙ্গদ্রবী থম্মোই অমদা

লাঙ্গদ্রবী থম্মোই অমদা
মীনম্নুরবা থম্মোই অমনা
ঙাকপীয়ু হায়জরি ঙসিদি ।।

ওইনজখিবা থেংখাং কয়াদা
মীনম্বা মিংয়েং পুরদুনা
যৌবন পুন্সিনা লমহেন্নিঙৈ
ঙাকপীয়ু হায়জরি ঙসিদি ।।

কাউগে খন্না কাউবা তম্লবনিকো
কাউগে খন্না কাউরবনিকো
চিরোল তৌররোই অমুক হন্না
লাঙ্গদ্রবী থম্মোই অমদা।।

করিগুম্বদা নীংশিংলকপা থোক্লবা
চিরোল নমথাকনা লমজিংলদুনা
নীংজমল ফংদবা ওইজগেকো
মপোক মপোক লাংওন লাংওন খূদিংদা ।।

**********

# (৯৫)

# লানখিদবীনি নকাদা থাজবীয়ু

লানখিদবীনি নকাদা থাজবীয়ু
লানগে নীংখিদে লান্না লৌবীনু
মীনোক মীচৈ কিজবী ননাইনি
শেংদোকপা ওমখিদে মতমনা ওাইরমদে।।

বিথিগী খূৎশেম বিধাতাগী য়াওলদা
লাইবক্তা নম্বীরমলে কায়নবগী শিন্দুর
খাওজরনি মৈশাসে পুল্সিগী ওইনা
কায়ন খায়ন মৈচাক মৈন্নায়রক্লবদা ।।

তোবর্বান ন্বাংম ন্বাংমদা লৈহনবীরমলে
হায়জবা তাররোই কৌজবা উররোই
মালেমসে চাউইদা ঈচেলসে পাকইদা
করম্নবু লাল্লুরনি ইপাং কনা য়াওদনা ।।

**********

# (৯৬)

# লানখিবনিকো নিঙোল নকাদা

(পূন্না শকমিন্নবা)

লানখিবনিকো নিঙোল নকাদা
নিঙোল থম্মোই খঙখিদবনা
নিংজবা আশা থুংলোকো ॥
পাখং নঙবু ৱারৌনু
লাইবকথীবী নিঙোল মপোকনি
মীনোক মীশা কিজবীনি
থম্মোই অনি শুজদে
লাম্থোক্লুরে থম্মোইদি পামজবা মকাদা ॥
নীংজৈ হায়জবতনি পীবিয়ু হায়জরোই
নিঙোল নকাদা লাঞ্জদে মিংয়েং
শাৎলুকো লৈরাংলেন থোয়না থোয়না
পাখং মিৎস্না মাঙদা
মপোক লাংওন খূদিংগী ॥
মপোক-শাইওন শাইদমগেকো
নুরা কোলোয় মিংলেন হোংদনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কায়দনা
নঙগী ওইবা মপোক লাংওন অমদা ॥
লৈরাং লৈকা শোকচরোই
লৈরাং লৈশক য়েংজনি
লৈরাং লৈনম ফংজনি
পাখং মিৎস্না থম্মোয় পেঞ্জনি
মপোক লাংওন খূদিংগী ॥

*********

# (৯৭)

## লাম্থোক্কুনু নঙনা নঙগী পূক্লীং

লাম্থোক্কুনু নঙনা নঙগী পূক্লীং
কখোক্কুনু নঙনা নঙগী থম্মোই
শান্তিবু ফংনবা শান্তিবু লাক্লবা ।।

লাম্থোক্কে নীংলবা নঙনা নঙগী পূক্লীং
লানবা তমখো হান্না
থাজদব'ই লিপুন মীনম্ব'ই ঈচেল
হো শান্তিবু ফংনবা শান্তিবু লাক্লবা ।।

কখোক্কে নীংলবা নঙনা নঙগী থম্মোই
হুরানবা তমখো হান্না
মিৎচিহৈবী মিংয়েং নুংশি খঙদবী থম্মোই
হো শান্তিবু ফংনবা শান্তিবু লাক্লবা ।।

মবৌ লৈবা পূক্লীংনি
পূক্লীং মাবু ফাথখো
নিংঙাই চাউবা থম্মোইনি
থম্মোই মাবু থেম্নুখো ।।

**********

# (৯৮)

## লুপ্ত্রাশিংদা চল্লবীও

লুপ্ত্রাশিংদা চল্লবীও পাম্মুকাদা য়ৌরবীও
নওবু করমনা নুংশি হায়রসিগে
পাঙ্গল থোকপা ঙমদবা থম্মোইনা
খোইদাবদি খোইদারেদা নিঙোল ওইবীও ॥

লৈমায়দা কেল্লবী লৈরাংনা চোয়জাইনগুম
নৌরবী নওগী পুন্সিনা লেললিবা নতৌ
নুংশিদবা ঙমদে পামজকবনা খোইদাজে
নিঙোলগী নুংশিবা তাইবংদা তিঞ্জনীংই ॥

চৎনবীসিগী য়েক্ল-শম্বলনা খারবসু
পাখঙ থম্মোইনা করিসু চিংনদে
অকিবা লৈতে ঈকায়বা খঙদে
নুংশি হায়বসিমদি ইচিলসিনা হায়ঙমদে ॥

*********

# (৯৯)

# লুপ্লাশিংদা চলহৌরবী

লুপ্লাশিংদা চলহৌরবী !!

নাইতোম্নবী পলেম ওইহৌরবী
চৎপ্রবা মাঞ্জ মাগী নুংশিবদা
কুমজা কুমওন খাঙলক্লবী
নঙগী অব্রাবদা য়াওঙমদে ।।

পাপ চেল্লবা খূন্নাইনি
মীনোক-মীশা চাউইদো
কনাবু নোক্লহৌনি খঙবরা
হো লুপ্লাশিংদা চলহৌরবী !!

মীকিথী মীচেননি পাঙদবনি
থৌনা লৈতে পাঙ্গল য়াওদে
পামজবা লৈনে নুংশিবা লৈনে
করম্মা পীগনি করম্মা নিগনি ??

**********

## (১০০)

# লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা

লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা
চামথোক্লরো নওগী থম্মোই
লৌশিনবীররো লাঞ্জদ্রবী ঐবু ॥

লেপপা লৈতনা শিন্থুরক্লিবা পিরাংনা
পুন্যতগী ওইবা ঈপাক শেম্লবনি
কোকপীহৈবা ঈচেল চেল্লবনি
লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা ॥

কুমওন বসন্ত কয়ানা
নুরা পূক্লীং নৌহল্লবসু
লেপ্লরোই শিন্থুবা পিরাংদি
লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা॥

য়ারৌগনবী শিঙেল মপোক্লি
মীপাইজাওবী লৈরাং লৈশাংনি
নরাল ইরাল কাউনরসিকো
লুপ্লরো শেংলবা ঈচেলসিদা॥

*********

# (১০১)

## লুরুক্কবী মায়থোঙ হাংদোক্লো

লুরুক্কবী মায়থোঙ হাংদোক্লো
পেন্না অমুক্তা য়েংজহৌগে ॥

শন্নাংনা কৃপ্লিবী মতমদুগী শকখঙদবী
ঙসিগীনা খঙনরবী শকহেনবী
লুরুক্কবী মায়থোঙ হাংদোক্লো
পেন্না অমুক্তা য়েংজহৌগে॥

শকখঙদবী ওইরিবৈঙে চরাংনরবা মীরক্তা
নাইতোম তানা লেপচবী মিৎয়েংনা
ঐগী থম্মোই ঙাওহনখিবা নত্তরা ॥

তুমিন তুমিন ঈকায়-মিৎচীনা
য়েংলকখিবা নত্তরা মতমদো
ঐগী থম্মোই হুর হুরদুনা॥

*********

## (১০২)

# লেলহল্লো ঐবু মফম অমদা

লেলহল্লো ঐবু মফম অমদা
অপাম-নুংশিসু লৈতবা
কায়ন-মৈশাসু লাংদবা
যোমোন-মীনোকসু তাদবা ॥

শাংলক্কনু লৈরাং খোংলক্কনু খোইমু
উইনগনু মচু মচুগী শক্লোন
অমম্বা কৌবা মশকপু য়েংদুনা
লেলহল্লো ঐবু মফম অমদা ॥

লাক্কনু নীংশিংবা অকাউ'লক্কা চংস্ত্রো
থোক্কনু থাজ লৈচিল্লক্কা লোংস্ত্রো
নীংশিংহল্লনু শমজিরৈনা নাপদা খেংচখিবা
ফংহল্লনু লৈনমনা পূক্লীং হুখিবা॥

**********

# (১০৩)

## লৈ অমা শালি

লৈ অমা শালি
কনাগী পূক্লীংবু হুরি
খোয়দাবা কনাবু কৌরি ।।

য়েল্লিয়ে লৈরাংগী লৈনম্না
মায়কৈ শিন-থুংনা মফম থৃদিং
কনাবুনা ঙাওহল্লি কনাবুনা শুম্ধৎহল্লি ।।

তম্বিয়ু মপাউসে শাৎলিবী লৈরাংগী
মালংদা লৈচিলদা থাজই মঙালদা
শাৎনীংনা শাৎলি হাইনীংনা হাইরি
নুংশিজবা কনাবু য়েংহন্নীংনা ।।

হায়রুরো পামজবা কনাগী
মোমোন মীনোক তাহল্লরো
চেংলৌ শক্তম উৎপিররো
ইনাক্তা লৈরাংগী লৈনমলক্তা ।।

**********

# (১০৪)

## লৈ অমতং থেংচগে নাপদুদা

লৈ অমতং থেংচগে নাপদুদা
শমজি লৈরাং ওইরবসু পকচনি
লৈরাং লৈনম্না পূক্লীংবু হুরিবা
নুজাই শম্লাংসু লমহেন্না নিংথিজৈ ।।

পামজবা লৈকোলদা শাংচবী লৈরাংনি
পূক্লীংগী চারনি ফজরবা মচুনি
ঐগী মিংয়েংফম ওইরিবী লৈনুংশিও
নঙবু মোমোন মীনোক অমুক্তদি নোকউনে ।।

থেংচরিবা লৈসিনা শিন্নজরি নফমদা
ঐগী থরায়সু হকচাংসু অনিসে
মাঙহনবীগনু অরেম্বদা লক্লগে খন্না
থম্বিয়ু থম্মোইমকনি নীংবিয়ু ।।

*********

# (১০৫)

## লৈ শকখঙদবী লৈ

(পূন্না শকমিন্নবা)

লৈ শকখঙদবী লৈ নঙ করিগী শাৎলিনো
মফমসি মোংফম্লি খঙদরা
খোইমু ইন্দে কাউবরা ?
খোই শকখঙদবা খোই নঙ করিগী ঙংলি
মফমসি মোংফম্লি খঙদরা ?
খোইমু ঙংদে কাউবরা ?
হো শকখঙদবী লৈ শাৎলুনু মফমসিদা
শাৎলুচো নুংশিরবা লৈকোলদা
খোইমুনা ঙংলিবা খৌরাংনা ॥
হো শকখঙদবা খোই ঙংলুনু মফমসিদা
ঙংলুচো নুংশিরবা লৈকোলদা
লৈরাংনা শাৎলিবা শাৎনীংনা ॥
(পূন্না) নুংশি ঈপাক লান্দুনা
নুংশি লাইমন কোক্কনি
থবায় হকচাং লোয়ননি
পুল্সি মহৈ য়ানগনি ॥

**********

(১০৬)

# লৈকোলসিদা ফম্লদুনা

লৈকোলসিদা ফম্লদুনা শক্লি ঈশৈ অমা
মাগী মায়থোঙ শক্ল শোম্লদুনা
মাগী থম্মোই কৌব কৌবদুনা
মাগী পূক্লীং পুল্ল পুল্লদুনা ॥

অথাপপদগী য়েংলক্লি লোন্না চিক্লা
মিববা খোঞ্জেলদা শৈদমলক্লি মানা
মোমোন মীনোক্তা ঈকায-নুংশি য়ান্নবা ॥

নুংশিবা কৌবা অমনা হংলবি
ব্রাহং কয়া মখল মখেলগী
ইনাক্তা লাক্লদুনা ওইনজরদুনা অমত্তগুম ॥

পুন্সিগী লৈতেং ওইবিবা নুংশিবা
ব্রাহনবিনু ঐবু নোকহনবিয়ু পুন্সিচুপপা
কায়ন মৈচাক মৈবায়হনবিনু লমখাংদা ॥

**********

# (১০৭)

## লৈখা তারক্লবা ঐগী পুন্সিবু

লৈখা তারক্লবা ঐগী পুন্সিবু
নুংশি মলোমনি খনগনু নহাকনা
ঙমজরুন্দবনি পুন্সি থৌদাং লৌরুবা
লাইবকথীবা ঐগী শোন্থরবা পৃক্লীংনা॥

হিংঙু নুংঙাইনা হিংঙু
লেল্লু মোমোন মীনোক্লনা
নুংঙাইবা পাউজেল থারকউ
মপোক মহৈ য়াল্লুকো॥

নীংঙমদবগী ঈচেলদা য়েংলুনু
অনুতাপকী মহাও তংলুনু
পুন্সি পম্বুং ৱাংনা থাঙ্গৎলু
তুংগী আশা চাউনা থম্মুকো ॥

**********

# (১০৮)

## লৈগী ফজবা

**লৈগী ফজবা**

কনানা ঙমগনি শৈথাবা
শৈথাবতনা ৱাংলনি লৈগী ফজবা
কনানা ঙমগনি শৈবানবা
শৈবানবা ঙম্লরোই লৈগী ফজবা ।।

মালেমগী চৎনবী খূদোল তম্ললে
মপু ইবুংঙোগী খূয়াখাদা কৎনলে
নুরা পাখঙ অনীগী নুংশি নুংওনলে
শৈথাবতনা ৱাংলনি লৈগী ফজবা ।।

শাবি শানৌ কয়াগী নাচোম শেম্ললৈ
নুজা নাপদা শমজিরৈ ওইনা চিন্নলৈ
ঙাওনরি মচু মচুগী লৈশিংদা মীওইবা
শৈথাবতনা ৱাংলনি লৈগী ফজবা ।।

লৈচল লৈশক শুনা শাৎলিয়ে
লৈকোলদা চারা কয়া থারিয়ে
মূৎপা কৌবা লৈররোই মালেমদা ।।

*********

# (১০৯)

## লৈগী লৈরাং হৈগী হৈরাং

(পূন্না শকমিন্নবা)

লৈগী লৈরাং হৈগী হৈরাং
নঙগী ঐ ঐগী নঙ
থাজগী নুংশিনা ইংলবা থাবল
নোংদম্বনা তম্বীবা লেঙদ্রবা খূৎশেমনি ॥
মহৈ য়াল্লবা মপোক্লি নঙসু ঐসু
নুংঙাইরবা পুন্সিনি নঙগী ঐগী
থাজগী মঙাল নঙগীনি ঐগীনি
চীংশাং নাপোম নীংথিবা য়ৌরুনি য়েংলুনি ॥
নহাক্লা ঐবু য়েংনীংগুম
নহাক্লা ঐবু খঞ্জগুম
ঙসিগী নহাক্লা ফজগুম
ঐনা নঙবু নুংশিগুম ॥
পুন্নেনে থম্মোইসে নাম্থোকপা ঙমদনা
নুরাগী অমুবা খোইখোইবা শন্নাংনা
লৈজরনি পাখঙ থম্মোই লেঙদনা
ননাক্তা মপোক-মপোক খুদিংদা ॥
(পূন্না)লৈগী লৈরাং হৈগী হৈরাং
নঙগী ঐ ঐগী নঙ
থাজগী নুংশিনা ইংলবা থাবল
নোংদম্বনা তম্বীবা লেঙদ্রবা খূৎশেমনি ॥

**********

# (১১০)

## লৈচিল্লক্তা তিনথ্রবী নঙবুও

লৈচিল্লক্তা তিনথ্রবী নঙবুও
কৌজরি অরোইবা ওইনা
লৈচিল পোমায় হাংদুনা
খুম্বীরকউ অমুক্তদি পাম্মুবীও ॥

লৎনদনা লৌশিনবীয়ু কচ্চরিবসে
ঙমজবা খর তোল্লবা ননাইনা
লৈচন লৈশক শুদে মীরাইবীনু
কাউবীনু তোল্লবগী শেংলবা খৃদোলনি ॥

তাইবং পুন্সি পুল্লিঙে নঙ ঐ
মীঙমদ পাঙজদবা তোল্লবনা
ঙমখিদে পেলহনবা কায়থ্রবী থম্মোই
হো লৈচিল্লক্তা তিনথ্রবী নঙবুও ॥

*********

# (১১১)

# লৈতেংবীদ্রবা মায়থোঙদা

লৈতেংবীদ্রবা মায়থোঙদা
তারি ফজরম্বগী মমি ॥

তুমিন লেপলদুনা য়েংল য়েংলদুনা
তারমদাই কোরৌগী মশেকপু
করিবু খল্লিবা লোষ্থোক্তবী মতৌদা
লৈতেংবীদ্রবা মায়থোঙদা
তারি ফজরম্বগী মমি ॥

অনকপা চীংয়াদৈ খোঙলক্লি
হারি চেক্লানা পুক্লীং হুর সুরদা
রি রি রি রি . . . . . . . . . . . . .
নীংশিংলুই ঐসু সন্ধ্যা অরাতি পুজা ॥

পুর্ণিমাই থাজনা লোংখিবদা লৈচিল্লক্তা
পিরোইনরি মায়থোঙদা পিরাং
লোংলুবী পুর্ণিমা থাজবু উরবদা
মোমোন্নরি মায়থোঙ মকা লায়া ॥

**********

# (১১২)

## লৈনা শাৎলি মোমোন মোমোন

লৈনা শাৎলি মোমোন মোমোন
পামজবা কনাবু চিরোল তৌরি ॥

লৈগী ফজবা লৈনা খঙদে
লৈগী পামজবা লৈনা খঙই
লৈনা শাৎলি মোমোন মোমোন
পামজবা কনাবু চিরোল তৌরি ॥

মিৎম্লানা হংলুরি ব্লাহং অমা
চিরোল চিরোল পাউখুম্লক্লি
লেংজুম অনীগী মরক্তগী
পামজবা কনাবু চিরোল তৌরি ॥

লিলানি কাওথোক্লুই নুংশি কুম্মেনি খল্লুই
মিৎচানরি হংনরি খুম্নরি নোকমীন্নরি
লৈনা শাৎলি মোমোন মোমোন
পামজবা কনাবু চিরোল তৌরি॥

*********

# (১১৩)

## লৈমায়থক্তা কেল্লবী শমজিরৈ

লৈমায়থক্তা কেল্লবী শমজিরৈ
নঙনা মওন মওন খলহল্লে ঐবু ।।

মঙাওথীবী কনাগী নাপদগী কেলহৌবনো
মৈশা লাংলবী কনাগী মলোমনো
নুংশিবা কনাগী ওইনজ থৌদোক্লা
নঙনা মওন মওন খলহল্লে ঐবু ।।

লৈমলচল্লবী শমজিরৈ পুবিবে নঙনা
নীংশিংবা কায়নবা অনীগী লমদাযদা
নুংশিবা পাম্মুবা য়ান্ননা চৎলিবা
চান্নবী মাগা উনখিবা লৈকোলদা ।।

খঙহৌদনা কেনখিবদা চিনবীখিবা শমজিবৈনা
লাংশিনখিবনি মাগী মায়থোঙ
খনখিবনি ঐসু ফংলরোইদরা আশা
য়ৌররোইদবা পাম্মুনা পামজবা পম্বুং ।।

**********

## (১১৪)

## লৈরাং মাবু পান্নুরে

লৈরাং মাবু পান্নুরে
যৌবন পুন্সি হৌরকপদা
থম্মোই ইরাং হৌরক্লে
লৈকোল চিদায়দা শাংলিবী
তোমখিন ঙানবী লৈরাংনি
লৈরাং মাবু পান্নুরে।।

ইংলবা নামিবা নুংশিংনা হুন্নরে
লৈরাং ঈথক ঈপোম হৌরক্লে
য়েংজরুই পেন্না পেন্না
তোমখিন ঙানবী লৈরাংনি
লৈরাং মাবু পান্নুরে।।

লৈরাং লৈশক য়েংলগা
মচু অরেংকী চুমথাং মানবী
লৈরাং লৈনম ফংলগা
পুক্নীং হুনা পুন্নিবী
লৈরাং মাবু পান্নুরে।।

**********

# (১১৫)

# লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নরি

লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নরি ॥

হো থায়নগী লৈরাং অমনবীও !
মল্ল মল্ল লৈনুংশি ওইবী
লৈশক লৈচু মান্নবী নঙগী
লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নরি ॥

নুংশি নুংশিনা নুংশিদ্রবী নহাকনি
পাম্না পাম্না পামদ্রবী নহাকনি
চাক্লা চাক্লা চৎত্রবী নহাকনি
কোলোয় মিংলেনতনি শোল্লিবা ॥

শৈথাবদা লোইরোই শৈশকপতনা ব্বাংলনি
হো থায়নগী লৈরাং অমনবীও !
নশাইকোনদা লুপচবনি ভিক্ষারি ওইনা
চন্নদ্রবা নুংশি ভিক্ষা হাপপীনবা॥

**********

# (১১৬)

## লৈরাংও নদোম শৎলিবী

(পূন্না শকমিন্নবা)

লৈরাংও নদোম শাৎলিবী
শানৌ চেংলৌ য়েংজগে অমুক্তদি ।।
ঙমজরোই নুংশি হায়বা ঙমজরোই
ইতিক ইপা চাজদে পাখঙও
য়েংবীনু লৈরাং ঐগী চেংলৌ ।।
মিৎয়েং কোচি থমজরোই
মিৎচী জগোই শাজরোই
শাখপপা খোইমুনা ঙংজরগে
লৈরাং নকাদা পুন্সিগী ওইনা ।।
মাই মাই ঙমজরোই ঙংবিরনু নাপদা
কোইরাওনবা তথক তথকপা মিৎস্নানা
লেপ্লাইদনা কাপ্লকপা মিৎকী তেননা পাল্লবসু
নুংশিয়ু য়াদে থম্মোইসে ঙমজরোই ঙমজরোই
ঙানবীরো নদোম তুমিননা থাজগুম
লাইবকথীবা পাখঙ ঐগী থম্মোইদা
য়ৈবীরো থাবলনা থম্মোইগী লৈমায়দা
ওইজরগে পাখঙগী লাইবকফবা মপোক ।।
মাই মাই ঙমজরোই ঙংবিরনু নাপদা
থাজগুম ঙানজরোই থরোগুম শাৎচরোই
শাৎচনি কুমওনপুবী লৈরাংগুম ।।

*********

# (১১৭)

## লৈসিগী ফজবা

লৈসিগী ফজবা হো লৈসিগী ফজবা
লৈসিবু পামজবা ঐনা খঙঙি
নঙগী ফজবা হো নঙগী ফজবা
নঙবু পামজবা ঐনা উরি ।।

নঙদি ফজৈদা হো নঙদি ফজৈদা
লূরবা লাইজথক্তা শাৎলিবী থম্বালনি
পাখঙ ঐগী থম্মোই হুখি
পাখঙ ঐগী পূক্লীং পুখি।।

ফজবী নঙবুনি হো ফজবী নঙবুনি
ঐনা পামজবা ঐনা নুংশিজবা
মাই হায়গে হায়নু য়ারোই নীংগে নীংনু
পামজবা হায়বসি নঙবুনি হো নঙবুনি ।।

থাজগুম ইনাক্তা ঙাল্লরু
নামিবা মালংগুম য়ৌরকউ
চিবোন চিবোন ঙংলরু
নাপদা নুংশি নুংশি হায়দুনা ।।

*********

## (১১৮)

# নৈহৌরে আত্মাদি থম্মোইদা

নৈহৌরে আত্মাদি থম্মোইদা লেঙদনা।।

চেংলৌ শক্তম উখিদবা থোক্লবসু
কোলোয় মীংলেন হোংখিবা তারবসু
য়াবা খোঞ্জেল তাখিদবা তারবসু
নৈহৌরে আত্মাদি থম্মোইদা লেঙদনা।।

শেংলবা মচুনা কুপপগুম থম্মোইদা
কৌরিনে নঙবু তাইবংনা মঙাল নৈবী
য়ৌরক্লি মঙালসে থম্মোই তাবুনুংদা
নৈহৌরে আত্মাদি থম্মোইদা লেঙদনা।।

হৈনা হোল্লুকো হিহোনবী পুন্সি ঈপাক্তা
হিরম কায়দনা হিদেন মথং মথং লাল্লদুনা
উৎলম্মুকো নরিংজেন অথোইবী নঙগী
চৎলুকো য়ৌনবা পম্ফুং মতম্মা নৈরিঙৈ।।

*********

# (১১৯)

# লোইবী চীংশাং কোয়রুসি

(পুন্না শকমিন্নবা)

লোইবী চীংশাং কোয়রুসি
চীংজুম লাইজ থক্লুসি ॥

চীংশাং নাপোম য়েংলুসি
চীংনুং ঈশিং চাইবী থিরুসি ॥

নুংশিবা বা অমতা হায়গে
লৈনুংশি করি বানো
ঙসিদি পূক্লীংসি ইনৌ নৌইদো
শগোল খুরুপ থাদুনা
লোইবী চীংশাং কোয়রুসি
চীংজুম লাইজ থিরুসি
চীংজুম লাইজ থক্লুসি ॥

লৈনুংশি নঙনা হায়বা ইল্লগে
শগোল খুরুপ থাজগে
চীংশাং নাপোম য়েংলুসি
চীংনুং ঈশিং চাইবী থিরুসি ॥

**********

# (১২০)

# লোম্থোক্তবী ওইরবী নঙবুও

লোম্থোক্তবী ওইরবী নঙবুও ॥

নুংশিগী মলোম য়াওদনা শোঞ্জবনি
নীংশিংগে খনগনু চিংনখিনি মহাক্লা
মিৎস্না মায়থোঙদা তাহনগনু মমি
অদুঙৈগী বারি অদুঙৈ থৌদোক ॥

খরাই থোঙ্গান লাল্লদুনা
করিগী লাক্লি মরক মরক্তা
ঐবু হেন্না হেন্না ব্রাহল্লিবা
নুংশিগী নিংঙাই হাপ্লিবরা ॥

থাবল থামৈ ওইরকপা মতমদা
লৈচিননা থাজ মঙাল থৎলকপা
পৃক্লীংদা তারি থম্মোইদা নিল্লি
অদুঙৈগী বারি অদুঙৈ থৌদোক ॥

**********

# (১২১)

## লোম্বোক্তবীগী পাউখোল্লোই

লোম্বোক্তবীগী পাউখোল্লোই ওইরবা পুন্সিনি
নীংজমন নিজমন ফংদ্রবা মপোকনি
কখোক্লবনি নঙোন্দা পুন্সি অসিমদি
ঐগী অরাম-খৌরাংবা কয়াদগী ॥

নঙনা লোম্বোক্তবী ওইরকঙে
ঐনা খাঙজখিবা চৈনাখোল
তোয়না তত্তনা য়ৌরক্লিবা ঙসিসু
করিগীনো কৈদৌবগীনো হংলরোই ॥

ননাক্তা লাক্লরোই লেপলবা পুন্সিনা
করম্বা মওংগী পাউখোল্লোই ওইরিবা
নঙদি খঙলরোই খঙনবা উৎলরোই ॥

মঙলান্দদি লাক্লি মপোক্লা তম্লমদ্রবা
নঙনা কেনজ ওইনজ নুংঙাইজবা
নুংশিব অমগী মতৌদু উৎলদুনা ॥

*********

(১২২)

## ঋারে কৌবদা হায়দ্রবী ইমাও

ঋারে কৌবদা হায়দ্রবী ইমাও ॥

লমহেল্লবা নচা ময়ামসিগা
ঈঙাওগী তুরেল চেল্লনি
শান্তিগী ফিদা ফংলরোই
ঋারে কৌবদা হায়দ্রবী ইমাও ॥

হাৎনৈ শুনৈ অমগা অমগা
মুন্নরি নোংমৈ অমগা অমগা
ঋাখল য়াওদে ভাব তানদে
চোইরোল লোল্লনি ইমাদি ॥

ইমানা হায়রি ঐখোয় পুনশিন্নরো
অ আ ই ঈ ঐখোয় পুনশিন্নরো
হন্দোক্লরো খর খর অমসু অমসু
ইমানা হায়রি ঐখোয় পুনশিন্নরো ॥

**********

# (১২৩)

## বারৌশ্লনি ঐবু মপোকসিমগী

বাবৌশ্লনি ঐবু মপোকসিমগী ॥

শিংবা ঙম্লবোই নুংশিমল মপোকসিদা
শিংলগে লমন মথং লাংওন অমদা
শংৎপীয়ু লৈবাং লৈশক হোংদনা॥

ওইদবা খোঙ্খোক্কী তৌশিন্নবা সুরদা
শকখিবা ঈশৈ তাখিদবনি থম্মোইদা
লাঞ্জদবী লাপচববী থম্মোইদা পাল্লবদা
ওইখরে মিববা খোঞ্জেলগী নুংশিববা সুব ॥

চামথোকপা ঙম্লবা শংশ্লবা মচু
লেপতনা শিম্বুবকলিবা পিবাংসিনা
পুন্যগী লাইজ ঈচেল শক্কুনা
নীংজশ্লগে মহৈ য়াল্লে মপোকসে ॥

**********

# (১২৪)

# ব্রারৌগনু ব্রারৌগনবী নঙবুও

ব্রারৌগনু ব্রারৌগনবী নঙবুও
মপু পাল্লবী লৈরাংনি কাউজ্জদে ।।

মিতারুবা লৈতনা ইনশিল্লকপা য়াওদনা
ইদোম নীংশিংজরুবনি ঐগী ব্রাখলনা
ব্রারৌগনু ব্রারৌগনবী নঙবুও
মপু পাল্লবী লৈরাংনি কাউজ্জদে।।

বিদায়গা মতমদা শিন্থখিবা পিরাংনা
হাঙলবা থম্মোই লৈমায় কুপখরে
নঙগী নোকমিনা মোমোন্নবী মায়খোঙ
উদুনতা লৈরে কায়নব্রবী নঙবুও ।।

লিশাংথানা হৌব্রবা পুন্সিসে
উরিয়ে থোকখিগুম মিংকুপসিগী মাঙদা
ঐগী ঈথক হৌরবা কল্পনা সাগরদা
লৈকোল লৈম্না লৈনুংশি নঙবুও ।।

*********

# (১২৫)

# বারৌনগুমসিকো তামহৌরবী

বাবৌনগুমসিকো তামহৌববী
নঙ ঐদি অমুক হন্না উনববোই ॥

নঙগী খুদোল লিক্লাং পবেং
মমল লেপতে লৈবি ঙাল্লবি
অমব ওইববা খুদোলসিনা পীববনি
কাউববোইদবা নীংশিংবা পুন্সিগী ওইনা ॥

নঙগী চেংলৈ শক্তম ওল্লবী
নঙগী নুংশিনা নুংশা খুদোল
লাক্কর্শবনি ঐশি পুক্কাইনুংদা
নহাকমাক্ক খন্না পুন্স আসমগী ॥

হো লাঞ্জদ্রবী পঙলবী লাইববী
নোংদম্বনা কবম্না তন্নমবনো
কাযনবমদাই মিৎকৃপতসু পুন্সিগী
উনজদুনা বিদায পীবমদবেদো ॥

**********

## (১২৬)

# ৱারৌবা লৈতে নঙোন্দা

ৱারৌবা লৈতে নঙোন্দা
ঐবু ৱারৌত্রবী নঙবু
নতৌদা নশক্তা ঙাওজবদনি
করিগী খল্লিবা তোল্লবা ঐবু ॥

লৈকোল অমদা নঙনা ওইনজখিবা
ঐগী অশেংবা ফিরেপ হায়খিবা
বসন্তগী ইহুমদগী লাপথোক্লবনি
মসিমতংদি খঙবীয়ু হো ৱারৌত্রবী ॥

চিক্লবা অহিংদা নদোম ইদোম
মতমদুদা নঙনা ঐগী লেপখিবা
ঐগী তায়োন্নবা ৱাখলদা ৱাজখিবা
অশেংবা উৎপনি লেপত্রবা পৃকচেল ॥

*********

# (১২৭)

## ব্বারৌহৌরবী

ব্বাবৌহৌববী
নবুং শক্লা নাওকোনবীদবে
বজাই বেঙ্গুন খোঞ্জেল তাখিদবে
শাগৈ য়ুমলেপ লিংখ্রনি।।

পূকচেল মাংবা লৈখিদে
য়ুমবান কৈবান চৎনবী লোনচৎ
উৎচবতনি যাই য়াদে হাযনা
হো ব্বাবৌহৌববী নবুং শক্লা নাওকোনবীদবে ।।

মীৎলু পিবাং অনঙবা
শিঙ্খিদবা নত্তে ব্বাবৌবম্লনি খল্লুবদা
হো ব্বাবৌহৌববী নবুং শক্লা নাওকোনবীদবে।।

লাকখিনি তাঞ্জা কুমওন
হায়রমগনি নবুং ঐনা
তম্বীরমগনি কবিনো য়ুম্বানলোন
হো ব্বারৌহৌববী নবুং শক্লা নাওকোনবীদবে।।

**********

# (১২৮)

## ব্বারৌহৈবী মিংস্না
(পূন্না শকমিন্নবা)

ব্বারৌহৈবী মিংস্না, ব্বারৌগনবী থম্মোই
অনিনা চল্লিনে পাখোঙ অমা
নঙবু কনানো ঐগীরা ?
    নঙবু কনানো ঐগীরা ?
    অদুঙৈগী নুংশিবা অদুঙৈগী খৌরাঙবা
    কাউনরসিনে কাউনরসি ॥
ফজবগী খূদোল, নুংশিবগী মনাই
নিঙোল নঙগী শল্লাং শউম্না
পাখং ঐগী থম্মোই পুখিবা
নঙবু কনানো ঐগীরা ?
    নঙবু কনানো ঐগীরা ?
    লৈরাং ইদোম তুমিন্না শাৎচবী
    করিগী ঙংলরি নাপদা হঞ্জিন হঞ্জিন
    থম্মোইদা পানখিনে, থম্মোইদা পাল্লিয়ে ॥
নুংশিবা কৌবা মতৌনা লৈতেংবী
থাবলগী ঈপোম লৈরাংগী নিংথিবা
অনিনা পুনখিনে পাখঙ থম্মোয়
নঙবু কনানো ঐগীরা ?

*********

# (১২৯)

## ঝারৌহৈবী মিংশ্নানা তাক্লিবা

ঝারৌহৈবী মিংশ্নানা তাক্লিবা
খঙখিদবা নত্তে খঙশিন্নদবনি ॥

য়েৎলরোই অমুক হন্না নকাদা
চৎচরনি উদনবা মপোকসিদদি
ঝারৌহৈবী মিংশ্নানা তাক্লিবা
খঙখিদবা নত্তে খঙশিন্নদবনি ॥

শাৎলুকো লৈরাং ননীং তম্না
ঝাংনা ঝাংনা হায়না হুম্না
মালংগী তাস্থা কায়হন্দনা
উহনগনু কনাদসু পূক্লীংগী অরাবা ॥

শাখপ তোয়বা ঙমজদ্রবা
খোইমু অমনা ঙংনা ঙংনা
শেন্নজখিবনি লৈরাং লৈস্না নঙবু
লৈখোঙদা লৈনাদা লৈকাদা ॥

*********

## (১৩০)

# ব্রাশকপরৈ লোমশ্ত্রবা নঙোন্দা

ব্রাশকপরৈ লোমশ্ত্রবা নঙোন্দা
নীংজবা হায়জগে খন্না লাকপনি
করিসু হায়বা ঙমদনা হল্লকখিবনি
মতমনা হানখি খঞ্জবনা থিনখি।।

পুর্নিমাগী থাবল ঈপোম মরক্তা
খোয়দানা লেংজবা কুন্দো পরেং
চংশ্ত্রবনি ঐগী খৃৎশা তরা শোক্লনা
চান্নজবা নঙগী ঙকশমদা হুক্লনা ।।

করিগী কৈদৌবগী শিন্থরক্লিবা পিরাংনো
কনাবু ব্রারৌবনো ইদোম্নুংগী মৈচাক্লা ?
বিধিনা তম্লমদে ব্রাশক ওইনা য়ৌরকখি
কাউররোইনে করিগুম্বদা ঐনা নঙবুদি।।

*********

# (১৩১)

## শকথ্রবা ঈশৈগী সুর ঈচেলদা

শকথ্রবা ঈশৈগী সুর ঈচেলদা
কনাবু নীংশিংলুদনা লুপলিবা ঐবু
লুপহনবীদরে মিংকপ থোকলদুনা
তারবদা মিরবা খোঞ্জেল অমা ॥

তাথ্রবা ঈশৈগী সুরগা
তারিবা মিরবা খোঞ্জেলগা
থম্মোইদা অমত্তা ওইনা তিল্লরে
পুক্রীংদা অমত্তা ওইনা পুল্লরে ॥

পুন্সিগী থৌদোক কয়া
লেপত্তবা ঈচেলদা তিনখিবা
পাক্লবা ঈপাক্তা লুপখিবা
নীংশিংহল্লে মিরবা খোঞ্জেলনা ॥

মিরবা খোঞ্জেলবু হুমখরো হো মালংবা
লুপহল্লোনে ঐবু হো মালংবা
শকথ্রবা ঈশৈগী সুর ঈচেলদা ॥

**********

# (১৩২)

# শকমান্নবী অনী লেপ্লি মাঙদা

শকমান্নবী অনী লেপ্লি মাঙদা
অমনা থাজনি অমনা থরোনি
নীংজবদা ঙাওজবা ঙাওজবদা হন্দবা
নুংশিবগী শায়োননি ঐদি ঐ ॥

মতমগী য়াওন্দা লুপ্লবী থাজ
মতমগী ঈরাংদা তাউরবী থরো
অনীমক নীংজৈনে ঐদি ঐ
অনীমক নুংশিজৈনে ঐদি ঐ ॥

থাজ নঙসু ঙাল্লু লুপাগুম
থরো নঙসু শাৎলু নুজাগুম
থাজ থরো অনী খুৎশম্ননা
নীংজরগে নুংশিরগে ঐদি ঐ ॥

**********

# (১৩৩)

## শক্লিবা ঈশৈনা নঙনি

(পূন্না শকমিন্নবা)

শক্লিবা ঈশৈনা নঙনি
ঈশৈগী সুরনা ঐনি
শক্লসি ঈশৈ সুর পান্না ॥
ঈশৈগী সুরনা নঙনি
শক্লিবা ঈশৈনা ঐনি
শক্লসি ঈশৈ সুর পান্না ॥
থাজ মানবী মায়থোঙ নঙগী
খোয়দাজেনে ঐদি খোয়দাজেনে ॥
কোরৌ মানবা মায়থোঙ নঙগী
পাম্মুজেনে ঐদি পাম্মুজেনে ॥
নুংশিবা অমগী নুংশিবা
চান্নবী নঙদি খঙলিনি ॥
নুংশিবা অমগী মৈচাক
চান্নবা নঙদি পান্নরোই ॥
(পূন্না) নুংশিবগী পম্বুং কায়নবা নত্তে
কায়নবগী পম্বুং নুংশিবা নত্তে
নুংশিবা কায়নবা বাংম বাংমনি ॥

**********

## (১৩৪)

# শক্লিবনি ঈশৈ অসি

শক্লিবনি ঈশৈ অসি
অসুম অসুম ঐনা ।।

তানীংবা কয়ানা তারি
উনীংবা অমদি উদে
মাগীদমক শক্লিবা ঈশৈনি
তাহন্নীংবা মাদি তাদ্রমানে ।।

হো ঈচেলও লেপতনা চেল্লিবী
হো মালংবও পোত্থাদনা হুল্লিবী
তশ্বীয়ুকো ঈপাউখোলসে শক্লিবা ঈশৈগী
করিগুম্বা উনবা থোক্লবা মহাকপু ।।

তারিবা নখোয় ঐগী ঈশৈ
য়েংলিবা নখোয় ঐগী মায়থোং
তশ্বীয়ুকো ঈপাউখোলসে শক্লিবা ঈশৈগী
করিগুম্বা থেঙনবা তারবা মহাকপু ।।

*********

# (১৩৫)

# শকহেনবী ফজবী নুংশিচাউবী

(পূন্না শকমিন্নবা)

শকহেনবী ফজবী নুংশিচাউবী
নুংশিবিয়ু চানবিয়ু অমুক্তদি
নুবা পূক্নীং লোঙবিনু
পাখঙ থম্মোই লাঞ্জগে ।।
নুরা পুন্সি পাম্মুজৈ মাঙখিবা
মিৎম্না তয়াং তশোইবা পাখংগী
নুংশিদা নুংশি শাশিন্নবা
মহূ পুবা তেন্না থাদুনা ।।
শকখঙদবী লৈরাংদা ঙংজরোই তোংজরোই
লৈরাং লৈকা শোকচরোই
লৈরাং লৈনম ফংজবোই
ঙংজগে শকহেনবী নঙোন্দা পুন্সিগী ।।
মরৌ চাউবা পাখঙ !
পাখং থম্মোই শেংলদি
নুরা পুন্সি কখোকচরে
পাম্মু মাঞ্জ নঙোন্দা ।।
নুংশি লম্বী চৎমিন্নসি
নুংশি পম্বুং থিমিন্নসি
নুংশি শায়োন ওইমিন্নসি
লেঙদবা শায়োন্না পুন্নসি ।।

**********

# (১৩৬)

## শম্লাংনা খুম্লিবী শকহেনবী

শম্লাংনা খুম্লিবী শকহেনবী
মতম অমগী শকখঙদবী
ঙসিগীনা শম্লাংনা খুম্লিবী শকহেনবী
লুরুক্লুবী মায়থোঙ হাংদোক্লো
পেন্না অমুক্তদি য়েংজহৌগে ॥

মতমদুগী শকখঙদবী ওইহিনৈ
ঈশৈগী চরাংনরবা মী মরক্তা
নাইতোম তানা লেপকনবী
নাইতোমজবী নঙগী মিৎয়েংনা
ঐগী থম্মোই ঙাওহনখিবা ॥

শক্লিবা ঈশৈগী তাম্থাদা ঙাওরিবৈ
মিৎকুপ মিৎয়েং অমতং শোয়রিবৈ
মক্কম খঙদ মাঙক্লবী নঙবু থিজখিবা
চরাংনখি ঐগী থম্মোই মতমদো॥

**********

# (১৩৭)

# শাদানবীনি ঐদি শাদানবী

শাদানবীনি ঐদি শাদানবী ।।

নুংশিবা কৌবা শিকারনি
ঐনা ফাগে নীংলিবা
ঐনা শরাক তম্লিবা
শাদানবীনি ঐদি শাদানবী ।।

য়েংসু ওইসু মাঙসু তুংসু
মায়কৈ খুদিং লাংনা কোয়রগা
নুংশি তেনগী তেনগা থোংদুনা
ফাগনি ঐনা ঐগী শিকার
শাদানবীনি ঐদি শাদানবী ।।

পুনগনি প্রেমগী য়োংহুিংনা থম্মোইদা
য়েংজগনি তত্তনা মিংস্না থম্বালনা
পেনবা কৌবসে লৈতনা
ঐনা শারাক তম্লিবা কনাবু ।।

**********

# (১৩৮)

# শান্তিগী পাউজেল পুরক্লি

শান্তিগী পাউজেল পুরক্লি
পুরক্লিবা পাউজেল য়েল্লরি
মাঙদা উরিবা মুর্ত্তিসিনা
অহিংবা মুর্ত্তিনি অমর ওইরবা ॥

বাপুজিনি জাতিগী মপানি
শান্তিগী তুংনফমনি শান্তিগী হৌরকফমনি
ভারত জাতিগী ফিদম্নি
মালেমনা কোক নোল্লি মুর্ত্তিসিদা
হো বাপুজি · · · · · ॥

শান্তিদবু পামজৈ শান্তিদবু নুংশিজৈ
শান্তিগীদমক থল্লায় থাজবি
শান্তি কৌই মাগী থম্মোইদি
শান্তি হায়খি মীপুম খুদিংদা ॥

শান্তি শান্তি শান্তি · · · · ·
শান্তিনা লেপ্লি মালেমদা
কন্নাবু কিদে লালবুসু কিদে
মীহাৎ মীপুল মীশি মীনৈ
অমতবু কিদে অমতবু কিদে ॥

**********

# (১৩৯)

## শিম্থুগে খল্লগনু মিংলু পিরাং

শিম্থুগে খল্লগনু মিংলু পিরাং
য়েংজবা ঙমলোই নতারোই ওইবীনা ॥

মোমোন মীনোক্না লেল্লুকো
হো মরুপলোই নঙগী তুংগী পুন্সিদা
মিংলুগী পিরাং কংখিদ্রবীও
শিম্থুগে খল্লগনু মিংলু পিরাং ॥

শিম্থুরমগনি পিবাং থোংলবী খজাইদা
চেল্লমগনি ঈবা মিংম্না থম্বালসু
লৈরমগনি মকশিন্না মায়থোঙসু
শিম্থুগে খল্লগনু মিংলু পিরাং
য়েংজবা ঙমলোই নতারোই ওইবীনা ॥

নীংশিংলুরনু হৌম্নবা বাবী শিংবুন
খল্লুরনু পিরাংতনা লৈতেংম্নবা পুন্সি
নীংজসি পেম্থোকহৈবা পূক্নীং অমা
নিজসি মঙাল পুন্সিগী মঙাল ॥

* * * * * * * * * *

# (১৪০)

## শিন্থুজরি পিরাং

শিন্থুজবি পিরাং লেপপা লৈতনা
লোয়নজরকপা নখোয়বু নীংশিংলগা ।।

হৌবমদবে থোঙ্গাল ময়াগী উথম্বাল
লৈরমদবে মনীং ব্রাপল লমহেনবা
শিন্থুজরি পিবাং লেপপা লৈতনা
লোযনজবকপা নখোয়বু নীংশিংলগা ।।

নুংশিবা কৌবা মতৌগা
লেনখিবা নখোযগী মবক্তা
নীংশিংলকইনে মোমোন মীনোকশিং
হো পুম্রি ময়াগী গুলাপও লৈনুংশি !!

নিঙোল শঙ্গাই থাদোক্তুনা
তাক্লম্বা কৌবা লৈতনা চৎল্লবদা
থাদোক্লেদো ঐবু নুংশিবা নঙনা
থাজদে থাদোকপীরম্বা নুংশিবা নঙনা ।।

**********

# (১৪১)

## শিঙ্গুরসনু পিরাংসে

শিঙ্গুরসনু পিরাংসে লেপপা লৈতনা
থৱায় ওইরিবা কনানা লৈরিমখৈদি
চংঙ্গুরসনু পিরাং শিন্নরম্বী মহাক্তি
কনাগী মরানয়াইদা মোংলুদনা ঋাখল ।।

লানখিদবনি হায়রোই লানখিবনি
হন্না হন্না কয়ারক লানখিবনি
নুংশিবনা ৱায়েল্লিবা নুংশিবগী মফমদা
ঙাকপীয়ু হায়রবোই ঙাকপীফম থোক্তে ।।

হে ঋাখল নঙগী পম্বুংগী অঙাংবা লৈই
মুংথংলবনি পাপ চেল্লবা ইখৃংসিনা
অমুক হন্না চীংখিগে খল্লরোইকো
ইখৃংমক্কা মুংথংঙ্গবা লৈইসে ।।

**********

## (১৪২)

## শিন্থররোই অমুক হন্না

শিন্থররোই অমুক হন্না মিৎলু পিরাং
অসুমনা ওইরবা পুন্সি খোঙচৎতা
শিন্থররোই অমুক হন্না মিৎলু পিরাং ॥

বসন্তই খোঙলোইদা নুংশিবা তম্বীবা
নাকেন্থাগী মতমদা নীংশিংবা পীবীবা
অসুমনা ওইরবা পুন্সি খোঙচৎতা
শিন্থররোই অমুক হন্না মিৎলু পিবাং ॥

নুংশিবৈ খোঙজংদা মোমোন নোকহনবীবা
কায়নবৈ তাক্ককতা পিরাং শিন্থহনবীবা
অসুমনা ওইরবা পুন্সি খোঙচৎতা
শিন্থররোই অমুক হন্না মিৎলু পিরাং ॥

ঙসিগী পুন্সিনা হৌপ্রববু নীংশিংহল্লি
হয়েংগী পুন্সিনা ঙসিবু পামলরোই
কায়নপ্রবা নুংশিবা নুংশিনরম্বা কায়নবা
য়ৌরক্লি থম্মোইনুংদা মরক মরক্তা ॥

**********

# (১৪৩)

# শিন্থহল্লনু মিৎলু পিরাং

শিন্থহল্লনু মিৎলু পিবাং
নীংশিংহল্লনু কনাগুম্বী অমদি
শিন্থহল্লনু মিৎলু পিবাং ॥

ভাসিগী বজাই বেঙ্গুন খোঙ্জেলসিনা
নিনহৌবনি থম্মোইসদা কুমওন খুদিং
ভাসিগা থাবানদা থাজগী মঙালদা
নীংশিংহল্লনু কনাগুম্বী অমদি
শিন্থহল্লনু মিৎলু পিবাং ॥

লৈবাক্না হার্যাখিনি হংলকপা তাবরা
থাজগুম ইংজবা থম্বালগুম লৈনমচেৎপী
কুমওন খুদিং ওইনাখবী ইনাক্তা
অরাবদা বাবীবা কনাগুম্বী অমা ॥

হো ভাসিগী থাবলও থাজগী মঙালও
লাকখিনি ডাল্লখিনি কুমওন খুদিং
নীংশিংহল্লনু কনাগুম্বী অমদি
শিন্থহল্লনু মিৎলু পিবাং ॥

* * * * * * * * * *

## (১৪৪)

## শিংথানদ্রবী শিঙেলও

শিংথানদ্রবী শিঙেলও লৈকৎনদ্রবী লৈরাংও
ব্লারুখিনু নঙগীসু মতম লৈরি ।।

লৈশাৎ চুমদবী শিঙেলনি
লৈচু পানদবী লৈরাংনি
খঙদবনা হায়বনি কল্লকপনা য়েংবনি ।।

শিংথানরকখিনি শিঙেল নঙবুও
লৈকৎলকখিনি লৈরাং নঙবুও
ব্লারুখিনু নঙগীসু মতম লৈরি ।।

ব্লারৌগনবী শিঙেলও মীপাইচাউবী লৈরাংও
থিরকলনি লৈখোঙ শেংবী লৈরাং
কৎলরনি লৈলাংবা লৈলাংবী লাক্লুনা
শিঙেল নঙবু শেংলবা লাইশঙদা ।।

*********

# (১৪৫)

# শেংলবা থম্মোই অতিয়াসে

শেংলবা থম্মোই অতিয়াসে
কৃপলরে মীনম্বগী লৈচিলনা ॥

পুন্সিনা নাইতোমজরিঙৈ
লৈখিবনি হাংলবা থম্মোই
পুন্সিনা চয়েৎনরকঙৈ
শেংলবা থম্মোই অতিয়াসে
কৃপলবে মীনম্বগী লৈচিলনা ॥

অপামবনা মহ্ পুরবা লিলগুম
চিক্লবে ঐগী থম্মোইনুংদা
হকচাং শিংলি খৃদিংদা
চেল্লরে পাপকী ঈতনা ॥

হৌখ্রবা পুন্সি কনাদা তায়নরুনি
হায়বরোই নহাক্লনি মহাক্লনি
পাম্মুরবা মিৎকৃপশিং নীংশিংদুনা
চৎলবনি নরক্কী খুরবা লম্বীদা ॥

* * * * * * * * * *

## (১৪৬)

## শেংলবা মিংলুগী পিরাংনি

শেংলবা মিংলুগী পিরাংনি
কায়নথ্রবী কনাগী মফমদা
কচ্চরি ঐগী মিংলুগী পিরাংসে
শেংলবা মিংলুগী পিরাংনি ।।

কায়রবা থম্মোইগী ব্রারীনি
তিন্নজরব্বা থম্মোই অনীনা
মচেৎ মচেৎ তানা কায়নখিবা
শেংলবা মিংলুগী পিবাংনি ।।

চোংলবা চোংলবী মিংস্না মরীনা
হঞ্জিন হঞ্জিন চুংশিন্নখিবা মিংয়েংনি
অরোইবা ওইনা করম্না শাম্নখিবা
ওইহৌরে পুন্সিগী নুংশি বন্দী ।।

*********

# (১৪৭)

## শৈথাবদা লোইররোই

শৈথাবদা লোইররোই শৈশকপদনা থাংলনি
হো থায়নগী লৈরাং অমনবী ।।

মল্লা মল্লা লৈনুংশিনি
লৈশক লৈচু মান্নবীনি
লৈবাং লৈনমদা নুংওন্নরি
হো থায়নগী লৈরাং অমনবী ।।

নুংশি নুংশিনা নুংশিদ্রবী পাম্মা পাম্মা পামদ্রবী
চাক্লা চাক্লা চৎদ্রবী থাই থাই হায়জদ্রবী
নঙগী কোলোয় মিংলেনতনি শোল্লিবা ।।

নশাইকোন্দা লাকচবনি ভিক্ষারি ওইনা
নুংশি ভিক্ষা হাপপীরো হায়না
শৈথাবদা লোইররোই শৈশকপদনা থাংলনি
হো থায়নগী লৈরাং অমনবী ।।

**********

## (১৪৮)

## শৈশক্লরো শৈশকপা

শৈশক্লরো শৈশকপা শক্লকউকো শৈশকপা ॥

ঈশৈনা ঐগী পুন্সিনি
ঈশৈনা ঐগী থৱায়নি
ঈশৈ তার তারগা লেনগনি
ঐনা ঐগী নুংশিরবা পুন্সি ॥

শৈশকপা নঙগী ঈশৈ সুরনা
শিন্থহনগনু পিরাং কায়ন-পিরোয়নরবীশিংবু
শৈশকপা নঙগী ঈশৈ শৈহেক্তা
চেন্থরকসনু পিরাং কনখ্রবা থম্মোইদা ॥

শৈশকপা নঙগী ঈশৈ তারগা
নুংওন্নরবা থম্মোই লিশিং লিশিংনা
থম্মোইগী থারবা ইতিহাস ফাক্নুনা
হৌখ্রবা ৱারীশিংদু নীংশিংলকপা ওইসনু ॥

**********

# (১৪৯)

# শোয়ররোই তারিবা খোঞ্জেল

শোয়ররোই তারিবা খোঞ্জেল
উররোই মায়খোঙ থম্বালদি ।।

ইল্লরোই হে পূক্লীং নঙগী ব্লাহৈ
হাংলরোই খোঙনাউ চিংলরোই পর্দ্দা
ফাক্লরোই হৌগ্রবা পুন্সি লামাই
শোল্লরোই নঙগী নুংশি য়াব্রা ।।

করিগী লাক্লিবা ইশাইকোননি কাউবরা
ব্লাদবা ঙমদে করি অশোয়বা লৈবনো
হংনীংঙি হংলরোই য়েংনীংঙি য়েংলরোই
পীনীংঙি পীররোই কপনীংঙি কপলরোই ।।

ঐতনা ফংজবা শামিননি
ঐতনা তাজবা খোঞ্জেলনি
অদুঙৈগুম লাকপদি ওইররোই
লমলানবীনি নহাক লমলানবীনি ।।

**********

## (১৫০)

# সনাগী ফিরাংজি মথক্তা

সনাগী ফিরাংজি মথক্তা
লুপাগী ফিজোল শেৎলদুনা
ঙাইরম্মুকো পুন্সি লম্বীদা
কুন্দো পরেং পায়দুনা ।।

নুংশি তর্পণ কৎলবনি
নুংশি ঈচেল ঈপাকসিদা
নুংশি ভিক্ষা হাপপীনবা
হায়ন-মপোক লাংওনদা ।।

থাজনা থোক্লকপা ঙাইরিবনি
অহিং চুপপা তোববানিসিদা
নুংশি পাউজেলসে পীখিনবা
হো চান্নবী নঙগী নফমদা ।।

**********

# (১৫১)

## সনাহল ইবেম্মা

সনাহল ইবেম্মা !!

খুইথবক্লবী লৈনাগুম
শাওং শাদা কাযবক্লবী
খোঞ্জেলগী অহোংবা লাক্লবী
থোঞ্জবা কোলোয মিংলেনদি কৌবমগে
হো সনাহল ইবেম্মা !!

চৈসু খুত্তা লোযনববী
মাযথোঙ মঙম শান্দ্রবী
নীংশিবা কৌবদি লৈর্বিনি
অদুগুঙ যৌবনগী নুংশিবা মিংকুপশিং !!

পাম্মুজে পুন্সি চেংজেল লোইখিনি
মীতাজৈ হৌপ্রবা ব্রাবী লিশাং
নঙগী ঐগী মতমগী
লৈবাক ব্রাথোক ওইখিবা ॥

**********

# (১৫২)

## সুর মাঙখ্রবা ঈশৈ

সুব মাঙখ্রবা ঈশৈ ।।

নুংশিজবী নুংশিবিবী নহাকপু
নীংশিংলকপা মিৎকুপ খূদিংদা
শকখিনি নহাকনা পামজবা
ঐগী থরাযনা তাজবা ।।

অহাংবা মালংনা হংলকনি
কদাযদা চৎখবে নঙগী চান্নবী
খুমফম খঙদববা ঐনা ভংলুবি
সুব মাঙখ্রবা ঈশৈ ।।

বিধিনা তন্নমবা বাবৌবা লেতে
ঐগী পাঙদবা ইতৌদা রাজাখিবা
শো কায়নঙমদ কায়নখ্রবী
শকখিনি নহাকনা পামজবা
ঐগী থরায়না তাজবা
সুব মাঙখ্রবা ঈশৈ ।।

**********

# (১৫৩)

## হরাউজখি থম্মোই পেননা

হরাউজখি থম্মোই পেন্না
নোকচখি থবায় তানা ।।

অশংবা হৈকোল নৈকোল উরগা
ঈমায় চোল্লবা লাইজনা ব্রা ব্রা চেল্লগা
চেক্লানা হরাউ তয়াম খোঙলগা
হরাউর্জখি থম্মোই পেন্না
নোকচখি থবায় তানা ।।

কৈথেলগী নিনখোঙবা মবক্তা
কেবা য়ৌনা লাকচবী শানৌশিং উবগা
থম্মোই ইবাং হৌরবা শার্বাশিং থেংনবগা
হরাউর্জখি থম্মোই পেন্না
নোকচখি থবায় তানা ।।

শির্ম্বাখিনে মিংলু পিরাংসে
মীনোক মীশা লাংহৌববা
মতম অমগী কনাবু উবগা
হরাউনা য়েংঙমদে মাবুদি ।।

* * * * * * * * * *

(১৫৪)

## হায়জবসু ঙল্লরোই

হায়জবসু ঙল্লরোই নীংজবসু ফোংলরোই ।।

ওইনজবা করিগী খঙবীদে
থম্মোই পান্দে হায়সিরা
চন্নদ্রবা নুংশিবা নঙবু
তুমিন ইদোম লাংচরনি ।।

লৈরাং লৈকা শোক্লরোই
লৈরাং লৈনম ফংলরোই
তনৌ তনৌ শাংচরিবী লৈরাংবু
য়েংজরগা লেঞ্জরগে পুন্সিসে ।।

চিক্লবা লৈকোলসু য়েক্লবা ওইরে
খোইমুনা ঙংলিবা লক্লরিবনি ঐবু
শিঙ্করক্লিবা মিংলু পিরাংসিনা
নুংশিরুবগী নুংশিমল ওইরসনু ।।

**********

# (১৫৫)

## হুম হুম হুম্নরো

হুম হুম হুম্নরো
লিরি লিরিনা মালংবা ॥

অহিংগী লিক্লা তনিকপী
তপ্না তপ্না খিক্লরো
ওমচাক্লরবা মালেমবু ইংহল্লরো
ইমাগী নিংথেম শুম্নরো ॥

থা থবান নখোয় কৈদৌরি
ঙাল্লরো কুফেৎ কাফেৎ খপ্লরো
নাউশুম ঈশৈ শক্লরো
ইমাগী নিংথেম শুম্নরো ॥

থবায়গী থবায় ওইরিবা
থবায় নঙসু হল্লক্রো
কৈথেন ঙামোক য়াওরকউ
ইমাগী নিংথেম শুম্নরো ॥

**********

# (১৫৬)

# হে অল্লাহ্ হে কৃষ্ণ হে যীসু

হে অল্লাহ্ হে কৃষ্ণ হে যীসু
খুরুমজরি নচা ননাই ঐখোয়না
চঙজরি খূয়া চরণদা হন্না হন্না
খঙজদে ঐখোয় কনানা করিনো॥

কনানা অল্লাহ্গী মনাইনো
কনানা কৃষ্ণগী ভক্তনো
কনানা যীসুগী মচানো
খঙজদে ঐখোয় কনানা করিনো॥

পন্থুংফমদি অমত্তনি লম্বী তোঙাল্লবসু
পান্দমসু অমত্তনি থৌওং খেন্নরবসু
লাল্লবরনে নচা ননাই ঐখোয়গী ব্রাখলসে
হে অল্লাহ্ হে কৃষ্ণ হে যীসু ॥

মন্দিরদা খৃষ্টান চঙবা য়াদবরা
চর্চতা অল্লাহ্গী ভক্তি য়াদবরা
মশজিদতা হিন্দুগী চরণ য়াদবরা
খঙজদে ঐখোয় কনানা করিনো ॥

*********

# (১৫৭)

## হে আশা হে আশা

হে আশা হে আশা
কয়াম কুইনা পুখিনি ঐবু
ঐবু নঙনা অসুম্না
হে আশা হে আশা !!

পেঞ্জদ্রবা পৃক্লীং নুংনাংনরবা থম্মোই
পুদুনা চৎলি মায়কৈ খঙদনা
চিংথরি তুমশিং তুম্নাং মরক্তা
হে আশা, হে আশা !!

হিংবগী মহাউ লেপত্রবা
মমল লৈত্রবা হকচাং পোলাংবু
পুবিরি নঙনা পুনীংবা মায়কৈদা
হে আশা হে আশা !!

পস্থুংফম কায়দোংফম লৈত্রবা ঐনি
হে আশা হে আশা !
নঙদি লৈহৌরোকো
হল্লক্করোই ঐদি হল্লক্করোই হল্লক্করোই
হে আশা হে আশা !! ॥

**********

# (১৫৮)

# হে ইমা ! ইমা ! ইমা !

হে ইমা ! ইমা ! ইমা !
ইমাগী পামজবা শক্তম শেম্লনি
অদুঙৈগী ইমাগী লেঙদ্রবা শক্তম
পীনবিয়ুকো হে ইমা !!

খোঙথাং মান্নখিদ্রবসু ইমাগী মচাশিং
মায়কৈ তিন্নখিদ্রবসু ইমাগী মচাশিং
পন্থুংদি অমত্তনি পোলোয়সু পন্থুংনি
নীংতম্বগী খুৎলাই থাবোই থাজবোই !!

লাইওইখ্রবা ইয়াম্বশিং ইচেশিং
লাইওইখ্রবা ইবুংশিং ইচৌশিং
লাইওইখ্রবা লময়ানবশিং মায়চৌশিং
লাইওইখ্রবা ইমারেলশিং পিবাবেলশিং
চঙনা স্বর্গ কাখ্রবা লৰ্মাজিংবশিং
লিরক্কনি নখোয়গী খোঙ্গুল
ইমাগী থৌনা ফরবা নচা ঐখোয়না !!

চুম্লে খঙনা য়াৎলম্লবা লম্বীশিং
চংশিল্লক্কনি অমগী মথৎদা অমনা
নচা ওইবা ঐখোয় খুদিংনা
লংলা লংজিল মাংহল্লোই
ইমাগী শেংলবা শক্তম শেম্মবা !!

**********

# (১৫৯)

# হে ইমা পোক্লফম ইমা

হে ইমা পোক্লফম ইমা
চঙজরি ইমা নঙগী খুয়াখাদা ।।

কচ্চরি থবায় হকচাং অনিনা
তোল্লবা নচা ননাই ঐখোয়না
লৈরাং খর হৈরাং খরসে
ঙসিগী অঙনবা অয়ুক অসিদা ।।

পৃকচেল তপপীনি ধর্ম্ম চেনবীনি
লৌশিং লৈবীনি থৌনাফবীনি
হো ইমা পোক্লফম ইমা
চঙজরি ইমা নঙগী খুয়াখাদা ।।

পীনবীবো আর্শিবাদ নচা ঐখোয়বু
শিন্নবীবো থৌদাং নচা ঐখোয়দা
পাঙথোক্লগে ইথৌ শিন্দমলগে শিন্থা
তাকপীররো নচা ননাই ঐখোয়দা ।।

ফংহনবীরো সেবা নচা ননাই ঐখোয়বু
নুংতিগী চঙজবা ইমাগী চরনদা
হো ইমা পোক্লফম ইমা
চঙজরি ইমা নঙগী খুয়াখাদা ।।

**********

## (১৬০)

# হে ইমা মৈতৈ পোকপী ইমা

হে ইমা মৈতৈ পোকপী ইমা
খুরুমজরি নচা ঐখোয়না খূয়াখাদা ॥

পীনবিরো ইমাগী থৌজাল
উহনবিরো ইমাগী মঙাল
চেলহনবিরো নচাশিংগী শিংলিদা
থৌনাফব'ই লেপ্পরোইদবা ঈচেল
উৎলমলগেনে নচাশিংগী থৌনা ॥

ইমাগী মিৎকপ মীরাউখোলগী
পিরাংতনা শেন্নগা ওইরবা
নচাশিংগী থৱায়সে হে ইমা
পিরাং'মল শিংলগেনে হে ইমা ॥

পীনবিরো ইমাগী থৌজাল
উহনবিরো ইমাগী মঙাল
মায়োক্নরগেনে ইমাগী য়েক্নবশিং
থদংলগেনে ইমাগী য়োংহ্লিং
কাউজদে নচা ঐখোয়না ইমাদি অখাঙকনবীনি ॥

*********

# (১৬১)

## হে ইমা লেঙখৎপীরো ইমা

হে ইমা লেঙখৎপীরো ইমা
হেকপীররো লৈকং থম্বাল ॥

পাপ চেল্লবা ইখুৎসিনা ঙমদরে
হেক্লুবা লৈকং থম্বালসে
হে ইমা লেঙখৎপীরো ইমা
হেকপীররো লৈকং থম্বাল ॥

শিদ থম্বালনি লৈকং থম্বালদি
লৈনা চামনিপান পানবী শিদ থম্বালনা
খিকপীররো নচাগী হৃকচাংদা
কোকহনবীররো নচাগী ইরাল ॥

কৌবীরো কুমগী নোং
মৃৎহনবীরো অনুতাপকী মৈরি
শাৎকায়হল্লো ফুগায়না অহিংসে
মৈশা লাংলবী লাইজথক্কী থম্বালবু ॥

**********

## (১৬২)

# হে ইমা সরস্বতি ইমাও

হে ইমা সরস্বতি ইমাও
লৌশিংগী পাঙ্গল পীবিরিবী
লৌশিংগী মৈরা চুখৎপিরিবী
হে ইমা সরস্বতি ইমাও !

কচ্চরি ইমাগী খুয়াখাদা
লৈরাং খুজোক খুজোক্না
হৈরাং মখল মখলনা
লৈচন হৈচন শুদে নীংবিনু ।।

লৌশিং মৈরা পায়রিবী ইমাও!
মক্লবা ঝাখলবু চামথোকপিরিবী
চঙজরি ইমা নঙগী খুয়াখাদা
পঙলবা পঙলবী নচা ঐখোয়না ।।

অশংবা চরৈ থোল্লিবী
শান্তিগী লৈকোলবু পামজবী
পীনবিরো মহৈগী খুদোল
খিকপিরো লৌশিংগী অমৃত ।।

**********

## (১৬৩)

# হে কংলৈ ইমা অপোকপী

হে কংলৈ ইমা অপোকপী
মিংলুগী পিরাং খমলো
অমনবা ফিজোল থাদোক্লো
অনৌবা ফিজোল হোংলো
হরাউ মীনোক তমলো ।।

অঙাওবা নোংমদোন মৈখুশিং
চামথোক্কনি অরংবা নোংলিকনা
মরু কোক্লবা হৈপাল উপাল
থলহনগনি অনৌবা মনানা ।।

য়াঙ্গংলবা তুরেলগী নৈরবা ঈচেল
লূহনগনি থুমলবা অমৃতগুম
ঈথৌ লাংলবা পলেম পম্বৌ
পীথক্কনি লাইজ ঈশিং ঈথৌ থন্না ।।

**********

## (১৬৪)

# হে জগৎকি মবুংঙো

হে জগৎকি মবুংঙো
চঙজরি নঙোন্দা তোল্লবা ননাইনা
খুরুমজরি নখোঙ খুয়াথল্লালদা
কচ্চরি থরাই হকচাং অনিসে ॥

থৌগৎপীয়ু শোন্থরবা ননাইগী পৃক্লীংবু
চুমখোকপীয়ু শোইরবা খোঙথাংবু
হাপপীয়ু পাঙ্গল থৌনা তোল্লবা ননাইবু
ফংহনবীয়ু সেবা নহাক্কী পুন্সি চুপপা ॥

নীংশিংহনবীয়ু অশোই অঙাম য়াওদনা
করিগুম্বদা কাউগে খল্লবা নহাকপু
লূপহনবীগনু তায়োন্নরবা তাইবংগী লিলাদা
পুন্সিগী মিৎকুপ অমা ফাওবা ননাইবু ॥

*********

# (১৬৫)

## হে থম্মোই

হে থম্মোই
নহা অহন খায়দবা থম্মোই
পুবিরে নঙনা লমদমসিদা ঐবু
তামনা তামনা লৈহৌরবা খুঙ্গংসিদা
নীংশিংহল্লে তামহৌরবী কনাবু ।।

উনহল্লে ঐবু উজনীংবী কনাগা
করিদি কান্নরি হো করিদি কান্নরি
থম্মোই নীংঙাইদি লেঙদনা লৈখিনি
হে থম্মোই নহা অহন খায়দবা থম্মোই ।।

করিনুংগী লাকখিবনো খনখিবরা ঐবু
মল্ল মল্ল লৈনুংসিরা লৈরাংসে
কুয়র কুয়র মৈচাক হাপলিবরা
থেঙল থেঙল ফরক্লিবরা থাবলসে ।।

**********

## (১৬৬)

## হে থম্মোই নঙ কপ্লগনু

হে থম্মোই নঙ কপ্লগনু
থম্মোই পান্দবী মাগীদমক্তা
হে পিরাং নঙ শিঙ্গুরগনু
নীংশিংদুনা ৱাশক পৰে লোম্লখিবা ॥

থাজরুবনা চঙজরুবনি মাঙোন্দা
চঙজরুবনা ঙাওরবনি ঐদি
নীংশিংলুনু য়াদেনে ৱাখলনা মাবু
লেপ্লবনি লেপ্লবা থাদোক্লসিরা মাবু ॥

হংজরি ইথন্তা করম্না হিংদৌরি
পীরক্লি পাউখুম অহাংবা মালংনা
থাদোক্লো ৱাখল নীংশিংদবা তল্লো
হিংনীংদনা হিংগনু থাদোক্লো থাদোকপিরো ॥

*********

# (১৬৭)

## হে ধ্রুবতারা

হে ধ্রুবতারা
নঙগী নগুনবু করম্না শক্ল-শোল্লসিগে ??

অবাংবা অতিয়া মায়কৈদা
ইতিহাসনা শাক্ষি ওইবিবা
ভারত ইমাগী ইজ্জৎ কল্লিবা ।।

অহৌবসু অরোইবসু লৈতবা
মতমগী য়াওল্লক্লিবা খোঙচৎতা
শিদ উপালগা পাঙ্খক ওইরিবা ।।

অমুগী কালিগী খোৰ্জেনা
সনাগী লংলবা খোবর্বাক্তা
নঙগী নমিং খোৎচিল্লবা ।।

**********

# (১৬৮)

## হে নিশা

হে নিশা
হূবু অমৃতনি খল্লিবা হে নিশা
লৌশিনবীয়ু কৌশিনবীয়ু ঐতবু
য়েংবীরুনু মরূপ মপাঙ ইচা ইশু
হে নিশা॥

থাদোক্কে নীংলুই হেঞ্জিল্লি নুমিত্তু
হেঞ্জিল্লদি চানীংদে থক্লীংদে
ঈকায় ঈকি খণ্ডবা হে নিশা
হূবু অমৃতনি খল্লিবা হে নিশা॥

কায়নরসি য়াদেনে নঙনা
থাদোক্লগে শাউইনে নঙনা
ঐবু পুবীরি পুনীংবা মফমদা
মালেম শিনবা থুংনা হে নিশা ॥

*********

# (১৬৯)

## হে নুংশিরবা ঐগী থবায়

হে নুংশিরবা ঐগী থবায়
নঙদি হিংলি তেংথাখোল মরক্তা
অবা মৈশানা হল্লবা মরুভুমিদা
খাঙলি নঙনা মতমগী চৈনাখোল ।।

পুন্সিগী লালবন ময়াইদা
লেপপু নীংহল্লবা লৈতনা
তাইবং লিচং কাউদনা
লোইবা খম্বা লৈতনা ।।

তাউথরোকো পুন্সি ঈচেল ঈপাক্তা
মায়কৈ খঙনা পল্লেপফম খঙনা
পুন্সি পোলুম কয়া পুদুনা
য়ৌনবা পম্বুং পুন্সিগী ।।

**********

## (১৭০)

## হে নুংশিরবা ঐগী পুন্সি

হে নুংশিরবা ঐগী পুন্সি
হে নুংশিরবা ঐগী আত্মা
নখোয় অনী কায়নগনু
নখোয় হৌনদুনা চৎলুকো ॥

হে লেপতবী ঈচেলও! পুবিয়ুকো
ঐগী পুন্সি ঐগী আত্মা অনীবু
অমত্তা ওইনা পুন্সি হিনাও অমদা
তাউথহল্লু পুন্সি হিদেন য়ৌনবা॥

হে পোত্থাদবী মালংবও! হুন্বীয়ুকো
ইংলবা মলয়া নুংশিৎ নাম্বিবা
ঐগী পুন্সি ঐগী আত্মা অনীমক্তা
পোত্থাহল্লু তোংলিবা পুন্সি হিনাউথক্তা।

*********

# (১৭১)

# হে নুংশিরবী ঐগী চান্নথোইবী

হে নুংশিরবী ঐগী চান্নথোইবী
চৎখিনুকো ঐবু থাদোক্কুনা ॥

থম্মোই নিঙাইচাউবীনি ঝারৌগনবীনি
খঙনা খঙশিন্নদবা থম্মোইদি নত্তেকো
হে নুংশিরবী ঐগী চান্নথোইবী
চৎখিনুকো ঐবু থাদোক্কুনা ॥

হো হৈকোলও লৈকোলও হৈরাংও লৈরাংও
অযুক্কী নুংথিলগী হৌমিন্নরকপীও
ঐগী চান্নবী মাবু থেম্বীযুকো
হৈনম লৈনমনা নখোয়গী ফাজিনবীযুকো ॥

পাইরিবা লৈচিলও অমংবা নোং ওল্লরো
মালেম শিনবা থুংনা চুবীররো
থম্মোই অমা থেম্বীদুনা ইংথহল্লরো
ঝারৌহৈবী পৃক্লীং অমা ফাজিনবীররো ॥

**********

# (১৭২)

## হে প্রভু

হে প্রভু চঙজরি নহাক্কী খূয়াখাদা
লৈরাং খূজোক খূজোক কৎচরি
হৈরাং হৈথা হৈশোই লাঞ্জরি
লৈকৎ অমনা ইরাল কোচগে
হৈকৎ অমনা পম্বুং ফংজগে ॥

লৈজদে করিসু হৈরাং লৈরাংসি নত্তনা
হৈজদে করিসু প্রভুদা চঙজবা নত্তনা
খঙজদে করম্না চঙজবা নঙোন্দা
হে প্রভু চঙজরি নহাক্কী খূয়াখাদা ॥

অশেংবা পুন্সি লম্বী চৎচগে
অশেংবা পুন্সি পম্বুং য়ৌজগে
পোকপৈ মহৈ মতোন লোমজগে
পীনবীয়ু হে প্রভু হে প্রভু হে প্রভু
হে প্রভু চঙজরি নহাক্কী খূয়াখাদা ॥

*********

# (১৭৩)

## হে মতম

হে মতম !!
লেপ্তুনা চৎলিবা নঙগী খোঙচৎনা
পুরকউ নুংশিবা পুরকউ ফজবা
পুরকউ অচুম্বা !!

কনানা তাবিগনি মখোয়গী ৱাকৎ
কনানা পীগনি মখোয়গী দাবী
ৱাকৎফম লৈত্রবা মখোয়গীদি
ৱারুবগী কান্নবসু লৈররোই ॥

হে মতম !
হন্না অমূক লাক্লুবা নঙগী খোঙচৎনা
পুরকউ নুংশিবা পুরকউ ফজবা
পুরকউ অচুম্বা !!

তেংথারমগনি মখোয়গী অপাইবা থৱায়না
শিঙ্থুরমগনি পিরাং মায়খোঙ চোন্না
মহৌশাগী নিতি নিয়ম ঙাক্তবা
মাগী মাগীদা খনবা মখোয়দা ॥

**********

## (১৭৪)

# হে মতমসিগী নহারোল

হে মতমসিগী নহারোল
নীংঙম্লক্লোইকো নখোয় মতম অমদা !!

করিগীনো নখোয় মিংকপ থোক্লিবা
করিগীনো নখোয় মিং পাঙদ্রিবা
মিংকপ থোক্লো মিং পাঙলো
য়েংউ মাঙদা করি লৈবগে ??

নখোয়গী নতৌ উবদা
পলেম পম্ভৌ অনীদি
মিংশ্না পিরাং ঈহৌরে
বাখল তয়াং অশোয়রে ।।

কাউরবরা নখোয়
নহারোলনা জাতিগী যুম্বীনি
নহারোলনা ভুংগী পুল্সিনি
ঐখোয়গী জাতি ঐখোয়গী নহারোলনি ।।

*********

# (১৭৫)

## হে মীওইবা

হে মীওইবা হে পুন্সি ॥

নুংনাংবনা থল্লবা পুন্সিনি
খৌরাংবনা মতুং ইল্লরি
হে মীওইবা হে পুন্সি ॥

মীনা মীদা তৌবা কলঙ্ক
লোইবা কৌবা লৈররোই
তাইবং নওনা লৈরিবমখৈ
হে মীওইবা হে পুন্সি ॥

অশাউবা নওনা ককথৎলি
মীওইবগী তুংগী পুন্সি
নীংঙমদনা শোল্লি অমুকসু
হে মীওইবা হে পুন্সি ॥

অমনা অমবু চীংনরি
অমনা অমগী মরাল শিরি
অমনা অমদা কলঙ্ক তৌরি
হে মীওইবা হে পুন্সি ॥

**********

# (১৭৬)

## হে ৱাখল মযেং তারো

হে ৱাখল মযেং তারো
নঙগী নীংশিংবগী পাঙ্গল শক্তি ।।

নীংশিংবা বিদায় পীবিরো ঐবু
ফাজিনবীরনু পোত্থাহনবীরো
হে ৱাখল মযেং তারো
নঙগী নীংশিংবগী পাঙ্গল শক্তি ।।

কয়াম কুইনা ঙাইখিগনি
নঙনা মযেং তারকপা
অঙাওবা লমদম কৈদনো
ঙাওরবনি ঐদি ঙাওরবনি ।।

চৎলো পুন্সি লেপপা লৈতনা
নঙনা চৎনীংবা মায়কৈদা
খল্লরোই ঐসে তুংগী পুন্সি
নীংশিংলরোই ঐসে মাঙগী পুন্সি ।।

*********

# (১৭৭)

## হে শ্যাম জগৎকী মবুংঙো

হে শ্যাম জগৎকী মবুংঙো
হে শ্যাম রাধাগী মবুংঙো
মোমোন নোকহল্লরো ব্রাজরবী গোপীশিং
নঙবু থিবদা নঙগী রাধাগী ॥

তাখিদরে গোপীশিংগী থম্মোই হুবা
শ্যাম নঙগী থুন্নবা বাঁসি খোঞ্জেল
তাহল্লরো নঙগী বাঁসি খোঞ্জেল
উৎলরো নঙগী চেংলৌ শক্তম ॥

তাহল্লরো নঙগী বাঁসি খোঞ্জেল
উহল্লরো নঙগী চেংলৌ শক্তম
মোমোন নোকহল্লরো ব্রাজরবী গোপীশিং
নঙবু থিবদা নঙগী রাধাগী ॥

কদোমদনো শুমহৎহৈবা মায়খোঙ
কদায়দা চৎপ্রবনো বাঁসি খোঞ্জেল
মবেম্মা রাধাগী থম্মোই হুরিবা
শ্যাম নঙগী থুন্নবা বাঁসি খোঞ্জেল ॥

**********

# (১৭৮)

## হো অদুঙৈগী লৈরাং লৈনুংশি

হো অদুঙৈগী লৈরাং লৈনুংশি
মল্ল মল্ল লৈনুংশি
লৈশক লৈচু মান্নবী
লৈরাং লৈনমদা নুংওন্নরি ॥

নুংশি নুংশিনা নুংশিখিদ্রবী
পামনা পামনা পামখিদ্রবী
ৱারেহৈ পুন্সিসে হায়জখিদ্রবী
নঙগী কোলোয় মিংলেনতনি শোল্লিবা ॥

হিংজরি মহৌশাগুম অদুঙৈগী ঐসে
লেপখিবা পূকচেল লেপ্লি ঙসিসু
মিংতাজবা নত্তে নীংশিংলি তাকপনি
ৱারৌবা লৈতে নীংজরি উৎপনি ॥

*********

# (১৭৯)

# হো অহন ইবুংঙো নুংশিবা

হো অহন ইবুংঙো নুংশিবা
থবায় ইবুংঙো পাম্মুবা।।

নুংশিবা পাম্মুবা পুন্না
চৎখিনি নোংমদি নৎতরা
হো অহন ইবুংঙো নুংশিবা
থবায় ইবুংঙো পাম্মুবা।।

খুইরবা মায়খোঙদা তারি
অদুঙৈগী লিংজেন অদুঙৈগী থৌনা
পি মরিক মরিক্তা য়াওরি
নীংতম্লীংবগী ঈচেল হো ঐখোয়বু নীংতম্লিবরা ??

ঐখোয় মিৎকপ থোকসি
ঐখোয় খৃৎলাই পায়সি
ঐখোয় খোল্লাউ লাউসি
তাম্থোক্লবা ঐখোয়বু তেমশিংলিবা খৃদিংবু।।

**********

## (১৮০)

# হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক

হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক
ফজৈদকো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

পোক্লফম লমদম কংলৈবাক
নোংপোক ভারতকী চিদায়দা
ইংনা চিক্লা ঙাল্লিবী কলৈবাক
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

চীংমীশিংগী কায়দোংফম ওইরিবী
মহৌশা কৌবীগী মথোয় হাপ্লিবী
ঈপোম নাইবা চীংশাং পরেং
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

ইম্ফাল কৌবী তুরেলনা ঈহৌরক্লি
চীংশাং পরেং কয়া লান্দুনা
উৎলরি অমতনি চীংমী তম্মী
হো ইমা লৈবাক কংলৈবাক ॥

*********

# (১৮১)

## হো ঐনা নুংশিরিসি

হো ঐনা নুংশিরিসি নঙনিদা নঙনি
নঙ য়াওদনা পুন্সি কৌবা য়াবরা
পুন্সি হায়বসি নঙবুনি
নঙনা নোক্লে নোক্কনি ঐসু
হো ঐনা নুংশিরিসি নঙনিদা নঙনি ।।

নঙনা অসুম অসুম নোকপা
ঐসু নতুং ইন্না নোকপা
সিসু নুংশিবনি নুংশিবা
হো ঐনা নুংশিরিসি নঙনিদা নঙনি ।।

হো নঙগা ঐগা নঙগা ঐগা
সুম সুম সুম সুম লৈমিন্নবা
সুম সুম সুম সুম নোকমিন্নবা
সিসু নুংশিবনি নুংশিবা
হো ঐনা নুংশিরিসি নঙনিদা নঙনি ।।

**********

# (১৮২)

## হো কায়নখ্রবী লৈরাংকাদা

হো কায়নখ্রবী লৈরাংকাদা
মিৎলু পিরাংসে কচ্চরি ॥

তখেল লমদম লমনুংশি
তখেল্লে কৌবী লৈরাংও
চৎলগেসু তাক্লমদে লাকখিনিসু হায়রমদে
থম্মোইদা চৈনা পীরম্লবনি ॥

পুন্সিদা উনবা থোক্লবা
মায়থোঙ মকা লামউকো
পুক্লীং কিশি কিজরোই
হরাউ মোমোন নোক্লকউকো ॥

পুন্সিদা উনখিদবা তারবসু
পিরাংগী পুন্সিগুম লেনগনুকো
হো কায়নখ্রবী লৈরাংকাদা
মিৎলু পিরাংসে কচ্চরি ॥

*********

# (১৮৩)

## হো জননেতা

হো জননেতা ইরাবত
মী মরক্তুগী অথোইবা
হো লমজিংলেন হো লুচিংলেন
শাগৈগী মনিনি জাতিগী মপানি ।।

তাকপিবস্মি নঙনা হো জননেতা
অচুম্বগী হৌরকফমদি নুংশিবনি
নুংশিবা লৈত্রবা খুন্নাই অরেম্বনি
কাউবা কৌবা লৈতে ঐখোয়না ।।

অহিংশা কৌই খুৎলাইদি নঙগী
মথৌ হন্দে ময়া কুমদে
য়াম্লা য়াম্লগা মথৌ হাপলি
হাইর হাইরগা ময়া থৌরি ।।

শাউবা হৈতে খাঙবদা মপা লৈতে
তোম্লবা তারবশিংগী লমজিংলেন
হো জননেতা ইরাবত ।।

জাতিগী অশেংবা লুচিংলেননিন্ন
নোংপোক ভারতকী ধ্রুবতারানি
নুংশিবগী মপুনি কথোকপগী মনাইনি
হো জননেতা ইরাবত ।।

**********

# (১৮৪)

## হো থাপলবী নক্লরে ঐ

হো থাপলবী নক্লরে ঐ
বিদায় পীখিবরা ঐবু নঙোন্দা
নক্লরে ঐ য়ৌরক্লে ঐ
হো থাপলবী নক্লরে ঐ ।।

লাক্লো লাক্লো লাক্লো লাক্লো
থৈবোংগী উমংদা ঙাইরমগে ঐ
লাইওইরবা উজাউসিদা ঙারদুনা
ফম্লরো ইনাক্তা ওইনররো হো ওইনজাওবী ।।

চৎলে চৎনা নুংশিনখিবা
নোক্লে নোক্লা নুংশিনখিবা
য়েংলে য়েংনা নুংশিনখিবা
নুংশিনরি ঙসিসু হো নুংশিনরি ।।

উদবরা নুংশিবা ফংদবরা নুংশিবা
উরিনে ঐদি ফংলিনে ঐদি
বিদায় পীখিবরা ঐবু নঙোন্দা ।।

*********

# (১৮৫)

# হো নঙদি নত্তবরা

(পূন্না শকমিন্নবা)

হো নঙদি নত্তবরা
কনাগুমবী অমা থিরিবা ঐনা
হো নঙদি নত্তবরা ॥
হো নঙদি নত্তবরা
কনাগুমবা অমা থিরিবা ঐনা
হো নঙদি নত্তবরা ॥
চৎলসু চৎলিবোই নীংঙি নঙগা ॥
তুমলসু তুমলিবোই নীংঙি নঙগা ॥
করিনো খঙদে ঐসে নঙবুতা থিরি ॥
করিনো খঙদে ঐসে নঙবুতা য়েংলি ॥
ঙাওরবরা ঐবু পুল্লবরা লৈপুননা ॥
ঙাওরবরা ঐবু পুল্লবরা লৈপুননা ॥
(পূন্না) ঙাওইদা ঙাওই লাংইদা লাংই
নুংশিবা অসুমনা তৌবরা
হো নঙদি নত্তবরা
কনাগুমবা/বী অমা থিরিবা ঐনা
হো নঙদি নত্তবরা ॥

**********

# (১৮৬)

## হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা

হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা
অনৌবা সুব পান্দুনা
শক্লিবা ঈশৈ নঙবু ঙাইনা ঙাইনা
শক্লরোই অমুক হন্না
হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা ॥

ঙাইবিবনি অবোইবা উনখিবা মিৎকৃপতু
লাক্লোবা মোমোন মায়খোঙ পুদুনা
সুব হাপ্লবো ঐগী ঈশৈদা
নঙনা ইনাক্তা ফম্লদুনা ॥

হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা
নোংমদোন অতিয়া য়েংলরোই
লৈকোলসিগী মম্লবা কাচিন অমদা
অহিংবা নংত্রগুম লেনজরগে
হো নঙনা লাক্কে নীংদ্রবা ॥

*********

# (১৮৭)

## হো নঙবু নঙবু নঙবু

হো নঙবু নঙবু নঙবু
শম্বুসু থুংবী রাশিসু লৈবী
মঙাওসু থীবী হো নঙবু
নুংশিদে হায়নু নুংশিগে হায়য়ু ॥

খোয়দাজৈনে ঐনা পাম্মুজৈনে নঙবু
কোয়বৈ লৈদুনা লোৎনীংবা লোৎলু
তান্ন তান্ন হঞ্জিন হঞ্জিন থিনি য়েংনি
হো নঙবু নঙবু নঙবু ॥

শন্নাংগী ফজবা শউমনা ঙাওহনবা
কনাবুনো হো ঐবু নত্তবা
খোংনা নৌনা হংদোক হংজিন তল্লি
হোই মায দোক দোক হাযনসি ॥

*********

## (১৮৮)

# হো নঙোন্দনি কৌরিবা

হো নঙোন্দনি কৌবিবা
চৎলে চৎনা পৈবে পৈনা
নোক্লে নোক্না শাউবে শাউনা
অহেনবা অমা যাওবিবা
হো নঙোন্দনি কৌবিবা ।।

যাবোইকো যাবোইকো যাবোইকো
নতৌদা ঙাওজবা ঐবু থাদোক্কুনা
লমলানবা কনাগী মফমদা
পুন্সি খোঙলোয ওইকবা ।।

শন্নাংগী শউমনা মায়থোঙগী মঙালনা
জগোয শাগুম উবিবী
হো মীনোক ফনা লৈশাবিবী
নঙসে ঐগী ওইজগেকো ।।

নঙগী মিৎচি মীনোক নতৌদু
ঐঙোন্দদা ওইরগুম নীংলিবা
হো থৌজাল হৈবী মায়থোঙও
যাবীযুকো ঐগী হায়জ ব্রাহৈদা ।।

*********

# (১৮৯)

# হো নাকেন্থা

হো নাকেন্থা
হো কুমওন খৃদিং লাক্লিবা নাকেন্থা !

নহাক্লা পামজবা নহাক্কী রিতুসিমদি
নীংশিংদুনতা লৈরে নুংশিনা কায়নখিবা
উদুনতা লৈরে কায়ন খায়ন মৈচাক
হো কুমওন খৃদিং লাক্লিবা নাকেন্থা ॥

নুংশিবা খঙলুবা বসন্তগী খোঙলোইদা
কায়নবা পীরবদা নাকেন্থাগী পোলোয়দা
মোমোন্না শাৎচবী মচুশিংগী লৈরাং
খুইথখরে লৈনাশিং মথং মথং হো নাকেন্থা ॥

নুংশিবা মতৌ নুংশিবা মনম বসন্তগী
ফজবা মতৌ ফজবা মশক য়েন্নীংথাগী
উখিদরে নঙগী নাকেন্থাসিদা হো নাকেন্থা
হো কুমওন খৃদিং লাক্লিবা নাকেন্থা ॥

**********

# (১৯০)

## হো নাপঙবা খোইমু

হো নাপঙবা খোইমু হো মিত্তাংবা খোইমু
নঙগী থম্মোই হুরুবা খঙখিদরে
লোন্না নুংশিনা য়েংজবা
কুমজা কুমওন য়ামলক্লে ।।

সিদা লৈরাং অমা শাৎলি
আদা খোইমু অমা ঙংলি
লৈরাংনা য়েংলি খোইমুবু
করিগী উবিদে খঙবিদে
হো নাপঙবা খোইমু হো মিত্তাংবা খোইমু ।।

ঈকায়থীবী মপোক ওইরমদ্রদি
ইখূৎনা লেংজবা কুন্দো পবেংসে
নখূৎ পায়না পুদুনা হুকপীযু হায়রমগনি
হো নাপঙবা খোইমু হো মিত্তাংবা খোইমু ।।

*********

# (১৯১)

# হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা

হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা
ঐবু য়েৎলরনু কৈদৌগে
ঐবু ওৎলরনু কৈদৌগে
নীংশিংহল্লনু ঐবু হো নীংশিংহল্লনু ঐবু
হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা ।।

পৃক্লীং অসে লৈতাদরে লৈতাহল্লোবা কৈদৌগে
থম্মোই অসে ইংহনদরে ইংহল্লোবা কৈদৌগে
হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা ।।

লৈতাদনা লেল্লদবা পুন্সিসে
ইংথদনা লেল্লদরা পুন্সিসে
হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা ।।

চুবিবা নোংলিক চাম চামনা
মলয়া নুংশিৎ মরোন মরোননা
পোত্থাফম পীবিদরে থম্মোইসু পৃক্লীংসু
হো নীংশিংবা নঙ চৎখ্রোবা ।।

**********

# (১৯২)

## হো নুজা মৈতৈ নুজা

হো নুজা মৈতৈ নুজা
নঙগী কবি পেন্দবা লৈবনো ??

নীংজবগী মমোল্লোই নিংথিবগী মতারো
মালেম ইমাগী তাংনা ফংজবী
হো নুজা মৈতৈ নুজা
নঙগী কবি পেন্দবা লৈবনো ??

নীংজখিবনা অমা ওইবকপনা অমা
অনীগী খেন্নবা তায়োন্ন-তাইবং ওইরবব
লৈহাউ যাওদ্র লৈকংলাদা হৌবী
ময়োন-কংল পামেলগুম খল্লবরা ??

তনৌবী গুলাপকুম ইংলবী মায়থোঙদা
তারিবা মমিসে নীংঙমদব'ই মৈচাক্লা
চয়েৎনর-চৎনরোলসিগী মফম খুদিংদা
থম্মোই পূক্লীং শান্তি ফংদ্রবরা ??

*********

# (১৯৩)

## হো নুজাও নঙোন্দনি

হো নুজাও নঙোন্দনি ঐনা খোয়দারিবা
পৈরে পৈনা শাউবে শাউনা
অহেনবা অমা য়াওরিবী
হো নুজাও নঙোন্দনি ঐনা খোযদাবিবা ।।

য়াবোই যাবোই য়ারোইকো
নতৌদা ঙাওজবা ঐবু থাদোক্রুনা
লমলানবা কনাগী মফমদা
পুন্সি খোঙলোয় ওইরুবা
যাবোই যাবোই য়ারোইকো ।।

শমলাংগী শউমনা মায়খোঙগী মঙালনা
জগোয় খুৎথেক কৎকুম উরিবী
হো শাউশিন্নবী মান্না উবিবী
নঙসে ঐগী পুন্সিগী ওইজগেকো ।।

নঙগী মায়খোঙ লমহেনবী
পৈরি পৈরি শাউরি শাউরি
পৈরে পৈনা শাউরে শাউনা
অহেনবা অমা য়াওরিবী
হো নুজাও নঙোন্দনি ঐনা খোয়দারিবা ।।

**********

# (১৯৪)

## হো নুংশিথোইবী চান্নথোইবী

হো নুংশিথোইবী চান্নথোইবী ফজথোইবী
হো ঐগী থোইবী
নঙসে ঐগী ঐনি
ঐসে নঙগী নঙনি ॥

নুংশিদ নুংশি শাশিন্নবা
নুংশিনা নুংশি হাযদবা
যাবোইনে নতৌনা তাক্লিনে
নুংশিবিসে ঐবুনি নঙগী ঐবু ॥

ফজবা কনানো হংলববা
নঙসে ফজবনি হাযগনি
নুংশিবা কবিনো থিরববা
নঙসে নুংশিবনি হায়গনি ॥

চঙজরুবনি মিৎকূপ বৃদিং
নঙগী মীনোক্তবু উনীংলিবা ঐনা
হায়রম্লি চিবোন চিবোন নাশোন পিক্লা
হো নুংশিথোইবী চান্নথোইবী ফজথোইবী ॥

**********

# (১৯৫)

## হো নুংশিবা নঙবু

হো নুংশিবা নঙবু হো নুংশিবা ॥

পামজবা কর্যাদি পুম্ব্রে ননীংতম্না
পানীংবা কর্যাদি লৈত্ৌবে পুন্দ্না
লাক্লবোই নুমিত্তো লাক্লবা পুন্সিদা
হো নুংশিবা নঙবু হো নুংশিবা ॥

তাবীনবা লৈত্রবসু ঐগী নুংশিবা
নিঙাইদনা চৎত্রবসু ঙাইর্খিনি নঙবুদি
থম্মোইগী ৱাকৎ পুদ্না তিংলিবমখে
হো নুংশিবা নঙবু হো নুংশিবা ॥

কপখিনি কাউদ্রিফাওবা কায়নখিবা
তৈথোক্লোই শিন্থবিবা পিবাং মিৎলুদৈ
নোকউকো নহাক্তি থাদোকঙমদ থাদোক্লবদা
হাংদোক্লনু কায়ননা কুপ্লবা থৌদোক্কুদি ॥

**********

## (১৯৬)

## হো নুংশিবা নদোম তুমিন্না লাকউ

হো নুংশিবা নদোম তুমিন্না লাকউ
থাবলগী মঙালদা ঙাইবমগে লৈকোলদা ॥

পাম্মুবা নকাদা ঙাওববীনি ঙাওববী
নুংশিবা নতৌদা লুপ্পবীনি লুপ্পবী
হো নুংশিবা নদোম তুমিন্না লাকউ
থাবলগী মঙালদা ঙাইবমগে লৈকোলদা ॥

চেল্লিবা ঈচেল লেপপা লৈতনা
চেম্থিনি মথন্নতা কনা য়াওদনা
চেল্লবোই ঈচেল নুংশিবা ঐগী
পাম্মুনা নুংশিবী নহাক য়াওদনা ॥

নুংশিবা লৈরাং লৈনম মবক্তা
লেনমিন্নসি অহিং চুপপা নদোম ইদোম
পুমিন্নসি নুংশি ঈচেল পম্মুং য়ৌনা ॥

*********

# (১৯৭)

## হো নুংশিরবা মরূপ

হো নুংশিরবা মরূপ
নঙগী মায়থোঙ উৎলরো
নঙগী খোঞ্জেল তাহল্লরো ।।

পুন্সি ঈথৈ অমদা তাউরিঙৈ
নপাউবু তাহৌদে চৎলমলে
থাদোক্কুনা নরূপলোই ওইবা ঐবু
করি করম্বা মতৌনো নঙগী
হো নুংশিরবা মরূপ ।।

চিববা পুন্সিগী মিৎকুপ খর
কংলৈ ইমাগী লম্বী শেম্লিঙৈ
নঙগী লমন শিংঙমখিদরে
বারৌনগুমসিকো হো নুংশিরবা মরূপ ।।

অহোংবা নাইবা পৃক্লীংনি
পৃক্লীংনা শেম্বা আশ্রমদি
নীংশিংলিবমখৈ হোংবা নাইদে
খঙখিদরে নঙ ঐ নত্তনা ।।

**********

# (১৯৮)

## হো পলেম ইমা নঙবু

হো পলেম ইমা নঙবু নুংশিবী ।।
ইমা ইমা কৌজগে
কুমওন লাংওন খৃদিংদা
হো পলেম ইমা নঙবু নুংশিবী ।।

ইমাগী চরৈফি অমনবা
থাবুম থাশিং লোয়নজরি
কাউজদে থাজদে নচানা
হো পলেম ইমা নঙবু নুংশিবী ।।

ইমাগী বরনা নচাগী পম্বুংনি
ইমা য়াওদবা পুন্সিবু পুন্সিরা
লাক্লো ঐখোয় খৃদিং লাউরসি
জয় পলেম ইমাগী জয় ।।

ইমাগী করি ৱাংলি
নচা ঐখোয়না মেনগনি
ইমানা করি পামলি
নচা ঐখোয়না খঙজে ।।

**********

# (১৯৯)

## হো ফজবী

হো ফজবী হো ফজবী
নঙমুক ফজবী অনী শুদবী ।।

মাযথোংগন্ মোমোন মিংশ্নাস্ মোমোন
যেংবগী পেনবা নাইদবে
মাংদৈ যেংলে মাযথোঙগী ফজবা
তুংদৈ যেংলে শন্নাংগী ফজবা ।।

কনাগী নাপদা থেংচনীংবা লৈগী নাচোম
লৈগী নাচোম হো লৈসিবু হো লৈসিবু
মাঙদা মিৎযেংবু শুন্নিবা
কনানো নঙবু হো ফজবী ।।

শন্নাংনা খুন্নে শন্নাংগী ফজবা
শমাজনা লৈবে শমজিগী ফজবা
হো ফজবী হো ফজবী
নঙমুক ফজবী অনী শুদবী ।।

**********

# (২০০)

## হো মতম অমগী চান্নবী

হো মতম অমগী চান্নবী
নঙবু কবম্না লেল্লিবগে
মীনোক মীশা হৈনা চৎলুকো ।।

লমদম তাম্না লৈহৌরবী
মিৎয়েং বাংমা লান্না তামহৌরবী
হো ঐগী থায়নগী লৈরাং লৈনুংশি
হো ঐগী থম্মোই লৈরাং ওইবিবী ।।

লৈখোঙসু শেম্বীদ্রবী ঈশিংসু চাইবীদ্রবী
পাপ চেল্লবা ইথৃৎসিনা ঙমদরে শোক্লগদবা
হো ঐগী থায়নগী লৈরাং লৈনুংশি
হো ঐগী থম্মোই লৈরাং ওইরিবী ।।

পূন্সি পামেল ওইঙমদরে
পূন্সি থৌদাংনা লুমখরে
থবায়না ইরৈবাক্কী লেপচরদুনা
পূন্সিসে লেপ্লেদো ঙমখৈদা ।।

**********

# (২০১)

# হো মতমদুগী অফাউবা

হো মতমদুগী অফাউবা মফমসিগী অঙাওবা
শারিঙৈ য়েহৌদে পেৎলিঙৈ শেমহৌদে
মতমদু নীংশিংলুনু মফমসি থাদোকলো
খোয়দাবা লৈরাংনা মীগী থম্মোই হুখবে।।

নঙনা ফাউবিঙৈ লৈকাই চনুরা মবক্তা
কনানো অমদি লাইবিক পাখিদো
নঙনা ফাউবা হনদ্রিঙৈ মীদি মহৈ চাখবে
হো মতমদুগী অফাউবা মফমসিগী অঙাওবা ।।

লৈরাংগী ফজবদা লুপলিঙৈ
লৈরাংগী পামজবা থিহৌদে
লৈনা খঙঙি লৈবু শেন্নবিবা
হো মতমদুগী অফাউবা মফমসিগী অঙাওবা ।।

**********

## (২০২)

## হো মরূপ

হো মরূপ মরূপ মরূপ
নুংশিবদ'ই নুংশিবা হো মরূপ
মরূপত'ই হেনবা লৈতে তাইবংদা
নীংজবা পীনঙম্বা ঈশ্বরদ'ইসু
হেল্লিনে নহাক্লা হো মরূপ ॥

নঙনা বারে ঐনা বাখি
নঙনা নোক্লে ঐনা নোকখি
নঙগীদমক ঐনা ঐগীগুম তৌখিবা
হে ঈশ্বর নহাক্লা খঙগনি ॥

পুন্যগী ঈচেলদা পাপসু ময়াওই
কনানা কনাদসু লান্দবা ঙমদে
কাউথোক্লসি বারৌনখিবা কয়া
নীংশিংনসি পাঙনখিবা কয়া
নুংশিবদ'ই নুংশিবা হো মরূপ ॥

**********

# (২০৩)

## হো মালংবা

হো মালংবা হো মালংবা
হাইনা হুম্না শিংলুকো॥

ঈকাইথীবী নুজাগী মায়থোঙবু
কুপ্লিবী অমুবা শম্লাংসে
হুমদোকহনখো মায়থোঙবু হাঙলদুনা
পাইথোকহনখো নুজাগী ইন্নফি॥

চোয়হল্লুনে নুজা শম্লাং
য়েংহল্লুনে পেন্না থোইনা
তনৌবী নুজাগী মায়থোঙবু
ফংহল্লুনে নুংশিরুবগী নুংশিমল ॥

হে হে পুর্ণিমাগী থাজ অথোইবী
পুদুনা লাকউকো নঙগী নঙাল
য়েহল্লু লুপাগুমু লীক্লাংগুম
তইংবী নুজাগী মায়থোঙদা॥

**********

# (২০৪)

## হো যৌবন পুন্সি নুংশিবা

হো যৌবন পুন্সি নুংশিবা
নুংশিদকো নুংশিনা চৎখিদা ॥

লৈবন্মী নুংশিরবী মায়থোঙ অমা
থম্মোইবু কৌবদুনা পূক্নীংবু থেন্নদুনা
মোমোন মোমোন মীনোক্তা
মাই হায়খিদে ঐগী ৱাহংদা ॥

চন্নবীনি লাঞ্জখিদে মকাদা
বিধিনা তমদেনে হায়খিদে
মঙলান্দা উখিগুম মায়থোঙদো
কয়াদা লাঙহল্লিবা থম্মোইবু ॥

শাইনোন শন্নাংনা মবক মবক্তা
ঐনা পামজবা মতৌগী ৱাংমদা
মিংচিনা য়েংলদুনা মানা নোক্লিবা
হেন্না হেন্নদুম লাঙহল্লিবা থম্মোইবু ॥

**********

# (২০৫)

# হো লম্বী

হো লম্বী লম্বী হো নুংশি-লম্বী
মতম অমগী নুংশি-লম্বী
ঙসিগীনা নীংশিং লম্বী ।।

মাম শামি চৎমিন্নবি নঙগা ঐগা
মুশি মুশিববা লম্বীসিদা
মতম অমগী নুংশি-লম্বী
ঙসিগীনা নীংশিং-লম্বী ।।

চৎখবে কাযনখবে লাক্লিবনা কনানো
লাক্লো লাক্লো লাক্লো লাক্লো
কনাবু কৌদোইনো কৌবিসে নঙনি
হো নঙনি নঙনি নঙনি নঙনি ।।

তবাম তবাম ওক্লিবা
অচৎ অওক খুদিংবু
হো লম্বী লম্বী হো নুংশি লম্বী
মতম অমগী নুংশি-লম্বী
ঙসিগীনা নীংশিং-লম্বী ।।

হঙৎনা চোৎলিবা ঈচেলদি নঙতনি
হো লম্বী লম্বী হো নুংশি-লম্বী
মতম অমগী নুংশি-লম্বী
ঙসিগীনা নীংশিং-লম্বী
হো লম্বী লম্বী লম্বী লম্বী ।।

* * * * * * * * * *

# (২০৬)

## হো লম্মুক্লরে

হো লম্মুক্লরে হো লম্মুক্লরে

নুংশিবা ঈপাক লান্দুনা
নুংশিবা লমদম লৈকোলদা
নুংশিবা ললোনবা লাকপদা
হো লম্মুক্লবে হো লম্মুক্লবে ।।

নুংশিবা হো নুংশিবা !!
নুংশিবগী হূ নুংশিবগী হূ
হূগী নুংশিবা হূগী নুংশিবা
অনি পুদুনা হল্লগে নুংশি ইবানয়াইদা ।।

হংলরনি নুংশি ভিক্ষারি মহাক্লা
শেন্দোংগী মরমদা শেল্লেপকী মতাংদা
খুমগনি ঐনা হো খুমগনি
নুংশিবগী হূ নুংশিবগী হূ
হূগী নুংশিবা হূগী নুংশিবা ।।

**********

# (২০৭)

# হো লাইবকথীবী নুজাও

হো লাইবকথীবী নুজাও !!

নপামকাদা মিৎয়েং থুববী
নবুকাদা মিৎয়েং ইন্নববী
লাইবকথীদকো নুজাও
হো লাইবকথীবী নুজাও !!

হিংদদি য়াদে হিংদি হিংনীংই
কবম্মা হিংলি কনাদৈ নিরি
ফুবা দলাল মীহৌবদি নত্তে
ঐসু নুপীনি থল্লিবী নুজাও !!

হৃমাংমলনা থাক্লি ঈ মচা মচা
মবুংঙোগী মবেম্মা অনীবু
মী মরক্তা মীবু ওইহল্লিবী
পাঙ্গলশোনবী নুজানি কাউব্রেনে
হো লাইবকথীবী নুজাও !!

**********

## (২০৮)

# হো লিরি হুম্বা মালংবা

হো লিরি হুম্বা মালংবা
তোয়না তোয়না হুন্নদুনা
পুরক্লনু মপাউ তম্লরনু মৱারী
তাজররোই লাপথোক্লবনি মপোকসিমগী ।।

হো পুর্ণিমাগী থাবল নাচুংদবী
নংদি তত্তনা ঙাল্লখিনি অসুমনা
কায়রবা ঐগী থম্মোইবু লক্লরদুনা
নুংশিনা চীক্লবা অহিং কয়া ।।

হো থাশিগী অহিং নীংঙাইদবী
নঙনা তত্তনা নীংশিংহল্লি অসুমনা
নৌহৌননা পিরাং পিরোয়নহন্দুনা
লৈকোল লৈরাং লৈনমচেনবীদো ।।

**********

# (২০৯)

## হো লৈমনচন্দলৈ

হো লৈমনচন্দলৈ ঐগী লৈমনচন্দলৈ ॥

উইনবীবৈ নঙবু তত্তনা মঙলান্দা
কবি হায়নীংবা লৈহৌবনো
কবি লমন তোলহৌবনো
হো লৈমনচন্দলৈ ঐগী লৈমনচন্দলৈ ॥

মালংদা তাউববা ঐগী ব্রাখলনা
হায়র্জখিবান নঙগী ওইবা মঙলান্দা
লাকখো অমুক্তাদ লাকখো নঙবু
অবোইবা ওইনা বিদায় পীর্জখিগে ॥

শাখপ তোযবা ঙমজদ্রবা খোইমুগী
কখোক্লগে নীংনা কখোক্লবা থম্মোই
লেংদনা লৈবি ঙসিস্ ইনাক্তা
লাকখো অমুক্তদি লাকখো নঙবু ॥

**********

# (২১০)

# হো হো নুংশিবা হো নুংশিবা

হো হো নুংশিবা হো নুংশিবা
নুংশিবা লৈপুলনা পুল্লে
নুংশিবা লৈনম্না শুল্লে ।।

থকহল্লে ঐগী মিৎস্নাসে
লৈরিক চেনবী লৈকাগী
লংলবা মচু কয়ানা ।।

হুখরে ঐগী পৃক্লীংসে
তনৌবী লৈনানা য়োম্লিবা
নুংশিবা লৈরাং লৈনম্না ।।

নায়ক নায়িকা কয়াগী
শায়োননা শেম্লবা লৈকোলসে
নুংশিব'ই নুংশিবনা থল্লে ।।

**********

# (২১১)

## হো হো লৈরাংও নদোম শাৎলিবী

(পূন্না' শকমিন্নবা)

হো হো লৈবাংও ! নদোম শাৎলিবী
বসন্তগী যাওন্দা লুপ্লদুনা
নুংশিবা কৌবা মচুনা কুপ্লবীও !
শানৌ চেংলৌ যেংজগে অমুক্তদি ॥
যেংবিনু ঙমজবোই নুংশি হায়বা ঙমজবোই
কৌজবোই কৌজবোই পাম্মুবা কৌজবোই
ইতিক নচ্চদে ইপা চাজদেনে পাখঙও ॥
মিৎযেং কোচি থমজবোই
মিৎচি জগোয শাজবোই
শাখপপা খোইমুনা ঙংজবগেনে নাপদা
তনৌববী লৈবাং নকাদা পুন্সিগী
লেঙদনা হোংদনা ঙংজবগেনে ঙংজবগে ॥
কোইবাওনবা তথক-তথকপা মিৎস্নানা
লুকক্লবব মিৎযেংদা নুংশিশাবা মীনোক
লেপ্লাইদনা কাপ্লকপা লুবাক্লবা মিৎকি তেন
পাল্লবসু নুংশিযু যাদে থম্মোইসে
মাই মাই ঙমজবোই ঙংবিবনু নাপদা ॥
ঙানবিবো নদোম তুমিন থাজগুম
লাইবকথীবা পাখঙ ঐগী থম্মোইদা
যৈবিবো থাবলনা থম্মোইগী লৈমাযদা
ওইজবগে পাখঙগী লাইবকফবা মপোক ॥
মাই মাই ঙমজবোই ঙমজবোই মাই ঙমজবোই
থাজগুম ঙানজবোই থবোগুম শাৎচবোই
শাৎচনি কুমওন পুবী লৈবাং কুন্দোগুম ॥

*******

# (২১২)

## হো য়াইমবী

হো যাইমবী !!
শোঞ্জবা নত্তনা নোংমতসু কৌখিদ্রবী
হো য়াইমবী ব্রাবেদো নহাক
নঙগী থৌনা লিংজেল নবমচং
মৈতৈ চনুবানি কাউগনুকো নহাক ।।

ঐগী নুংশিবনা অশেংবা ওইববা
নুংঙাইবোকো নহাক নোক্লোকো নহাক
যেংজগেকো মিংযেং কাবন য়াওদনা
নহাক্লা মোমোন মোমোন নোকপদো ।।

লমলানবীনি ব্রাংম ব্রাংর্মনি নহাক
ঐগী মঙলানবু তাইবং ওলহনবীবা নহাক
ওইদবা পাউখোঙ চল্লবোইকো নঙোন্দা
লুখ্রশিংদা চলহৌববী হো য়াইমবী !!

**********

# (২১৩)

# য়াইফবা ওইয়ু নুংঙাইবা ওইয়ু

য়াইফবা ওইয়ু নুংঙাইবা ওইয়ু
মফম খৃদিংদা মতম খৃদিংদা ॥

পুন্সি লমজেলদা নীংবা কায়হৌরবা
পম্বুংফম য়ৌখিদ্রবা লমজেল্লোই অমগী
নীংবা কায়বগী মৈবিলক্তা
হো অবাবা শরুক য়ারম্বী নঙদি ॥

অমম্বদা অমম্বা হাপ্লবা অহিং অমদা
নুংশিবা কনাগী মফমদা ঙানখিবী
মৃৎলমদাই থাওমৈগী মতৌগুম
হো থৌজালহৈবী নঙদি ॥

অকা অথোই তাইবংগী শান্নবৃংদা
তোল্লবা শোঙ্গুবা শান্নরোই অমগী
পাংদবা মতৌদা থৌনা হাপপীরম্বী
হো ঙসিগী লমলানবী নঙদি ॥

**********

## (২১৪)

# য়েকখরে ঐগী থম্মোইদা

য়েকখরে ঐগী থম্মোইদা
মাগী নুংশি চেংলৌদো
তিনখরে ঐগী পূক্লীংদা
মোমোন্নবিবা মীনোক্তো ।।

মিৎকূপ খূদিং উবক্লে
নুজাগী নিংথিবা মায়থোঙদো
থব্রায়দা থব্রায়গুম লৈবাংদা লৈরাংগুম
ঐগী থম্মোই লৈকোলদা ।।

মাগী মিৎস্না মিৎচিনা
য়েংলম্বী নুংশিনা লোন্না চিক্লা
কাউঙমদরে উদুনতা লৈরে
তিনখরে ঐগী পূক্লীংদা
মোমোন্নরিবা মীনোক্তো ।।

**********

# (২১৫)

## য়েকখ্রমানে থম্মোই লকানুংদা

যেকখ্রমানে থম্মোই লকানুংদা
মাগী নুংশি চেংলৌ শক্তমদো।।

যৌখ্রমানে পানখ্রমানে থম্মোইদা
যেংলম্বদো মিৎম্না থম্বালনা হুবপ হুবপ
যেকখ্রমানে থম্মোই লকানুংদা
মাগী নুংশি চেংলৌ শক্তমদো।।

মোমোন্নবী মাযথোঙনা তুমিন তুমিন
যেংলম্বী কাওঙমদে ঐগী থম্মোইনা
তিনখ্রমানে মাগী মোমোন মীনোক্তা
থম্মোইসু পৃক্লীংসু হকচাংসু ।।

নুজাগী ইংলবী মাযথোঙনা
মিৎকৃপ পুংজা খৃদিং পোত্থাববে
ফজববা থম্মোই লৈকোলদা
নিংথিববা পৃক্লীং ঈপাক্তা ।।

**********

## (২১৬)

# য়েন্নীং হুল্লো নুংশি চারা

য়েন্নীং হুল্লো নুংশি চারা
নুংশি লৈকোলদা ইশৃৎমক্লা থাজবা
পামজনা শেমজবা নুংশি চারা
য়েন্নীং হুল্লো নুংশি চারা ॥

নুংশি লৈরাং লৈকা ফল্লো
নুংশি পামেল শারেপ ফারো
পোশ্বী চেক্লা তোংলরো
নখৈ পোংনা খোংলরো ॥

শম্লাংলক্তা য়েৎচরিবী শাইনোনলক্তা কেজরিবী
ঐগী শমজি লৈরাং লাইবকফবীও
হো লৈরাং নঙগী নতৌগুম
নুজা ঐসু লাইবকফবী ওইজগে॥

**********

# (২১৭)

# য়েংজরি শেমজরিবা শকফমসে

যেংজরি শেমজরিবা শকফমসে
চুম্মি খল্লোকো লাল্লবসু
শেমজরি শকফম অমা
কৈরোল লৈকায়গী ৱারীদা ।।

নওগী শকফম উখিবা লৈতে
নওগী খোঞ্জেলস্যু তাবা ফংদে
যেংজবি শেমজবিবা শকফমসে
চুম্মি খল্লোকো লাল্লবসু ।।

ঈবেমখার্কনি হায তাইবংনা
শামিন ফংদে খুদম ফংদে
পাণ্ডুৎ মাযচৌগী ৱাহৈদা
পলহৈদে শোলহৈদে হায়নে ।।

নপোক ইপোক ৱাংম ৱাংমনি
য়েংনীংই য়েংবা ফংদেনে
য়েংজরি শেমজরিবা শকফমসে
চুম্মি খল্লোকো লাল্লবসু ।।

**********

## (২১৮)

## য়ৌরক্লে ঐ লাক্লোনে

য়ৌরক্লে ঐ লাক্লোনে তখেল চনু
হো তাবরা তাবরা তাবরা ॥

হো তখেল চনু তখেল চনু তখেল চনু
য়ৌরক্লে ঐ লাক্লোনে তখেল চনু
হো তাবরা তাবরা তাবরা নঙবু ॥

চীংথক চীংয়াংদৈ য়েংই উদে
চীংখোঙ চীংয়াদা খিরে ফংদে
লাক্লে ঐ ব্রাশকপু ঙাক্লদুনা
হো উবরা উবরা উবরা ঐবু ॥

যুম যুম নিঙোল যুম নৈরমদরে
মমি শামি লামশিনবা নত্তনা
হো উবরা উবরা উবরা ঐবু ॥




লোক্লুং লাঈজ তোবর্বানদা
নৈনা য়েংলি খিরি উদে নঙবু
নৈকায় যুমখোঙ খুদিং চঙদুনা
তত্তনা হংঙি খঙদে খুল্লকই
হো তখেল চনু তখেল চনু তখেল চনু ॥

*********

'জে এস কোনসম'গী 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং:

| | | | |
|---|---|---|---|
| (১) | তেংথারোল | (শৈরেং) | ২০০৬ |
| (২) | অমুবা ফি গী আনোক | (ৱারী মচা) | ২০০৬ |
| (৩) | অচাইবা লৈ | (শৈরেং) | ২০০৭ |
| (৪) | তুখ্রেদনা উজাওসে | (শৈরেং) | ২০০৭ |
| (৫) | লৈ মচা মচা | (শৈরেং) | ২০০৮ |
| (৬) | লৈদো শাংখিদো | (শৈরেং) | ২০০৯ |
| (৭) | নোংমা হায়দু হায়রনু | (ঈশৈ শৈরেং) | ২০১২ |

ইমাখোল পব্লিকেসন্স